# লমসিংগী ৱাবী

কাবম মণিমোহন সিংহ

ইম্ফাল-২০০৭

'লমসিংগী ঢ্লারী' [কবিতা খবনা পূনশিনবা লাইরিক]

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | আগষ্ট, ২০০৭, ইং |
| ইখিবা মতম | : | জুলাই থা ১৯৭৮ ইংদগী সেপ্তেম্বব থা ২০০২ ইং ফাওবা |
| মমল | : | লুপা ১০০/— [চামা] |
| মখূম | : | অইবা মশানা পামজবা নমুনা। |
| কপিবাইত | : | অইবা মশাগীনি |
| নম্ফম | : | পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজাব, ইম্ফাল- ৭৯৫ ০০১ |

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ–

১। মঙ্গুরবা ঐগী লৈকোল [শৈবেং]-১৯৭৭
২। ঐদি শদোঙ চারোই [শৈবেং]-১৯৭৮
৩। *Hijam Irabot Singh and the Political Movements in Manipur* [BRPC Delhi] -1989
৪। *History of the Christian Missions in Manipur and Other Neighbouring States* [Mittal, Delhi] - 1991
৫। *Nupi Lan* - [Dec 2006]

অইবগী ফোঙদ্রিবা লাইবিকশিং ঃ–

১। *The Architect Rebels of Manipur*
২। *Sixteen Years of Imperial Regency in Manipur*
৩। *Manipurer Itihas* [Being a translation of the Bengali original by Mukundalal Choudhuri of 1891 edition with critical notes and original documentations ]
৪। *Haodeijam Chatanya Father of Modern Manipuri Literature*
৫। *A Critical History of Manipuri Literature* [from 1890 to 1980]
৬। *A Comprehensive Political History of Manipur*
৭। *The Inside Story of Jai Singh Maharaj*
৮। *The British Reserve Area and the Kubo Valley Disputes*

# ব্রাহে অমা-অনী

লাইবিক অসিগী মনুংদা য়াওবিবা শৈবেং খবা অসি চহী কয়াগী মমাঙদগী ইবা হৌরকখিবনা হুজিক ফাওবদা ইজবকপা ঐহাক্কী খুৎইশিংনি। স্তাইলদা, প্রজেক্তেসন্দা, ব্রাহে-ব্রাতা শীজিন্নবদা, পবেং শেন্নকপগী নিয়মদা হান্না অমসুং হুজিক্কী খুৎইগা খেন্নবা খবা শোয়দনা অপাবশিংনা থেংনবিগনি। মসি ইশাগী চহীগী খোঙচৎ লেপ্তবা, মতম্মা পুবকখিবা অমসুং মতমগী খেন্নবা ঈচেলদা শাগৎলকখিবা নুংগী ভাব, থেংনবকখিবা মখল কয়ামকমগী ইক্সপিরিয়েন্স অমসুং লাইবিক-লাইগু অবি-অনৌবা কয়ানা পীবকখিবা ফিলিংশ ময়াম তিন্নদুনা শেমগৎলকখিবা শৈবেংগী অপূনবা খুৎই ওইনা ময়ামদা লাহোকচবি।

শৈবেং ইবদা য়াম্না চেকশিঞ্জবা, ব্রাহে শীজিন্নবদা অকম-অযাং অমসুং ছন্দ কায়দনবা হোৎনবা, পবেং শাংলবসু বেস্লেল ওইনা পোইটিক সিক্রেন্স ঙাকপা, অর্থ ইথোক-থোকহন্দবা য়াদবা অমসুং ব্রাবেংগী শক্তম মানবা শৈবেং খবা থেংনবিগনি। ফজবা ব্রাহে ঙাক্তা লেংশিল্লগা পবেং শেমদুনা পুথোকপনা কবিতানি হায়বা য়াদবনিনা, ঐগী শৈবেং খবদা ব্রাবেংগী শক্তম লৌবা, অথোৎ-অনৌগী মহাও চেন্দবা, সমাজ অমসুং মীমাঙদদি ফজবা ব্রাৎলি খন্নদুনা সাহিত্যদা শীজিন্নদবা [খঙদি অদুম মখঙনবা], ভলগেবিটিগী মহাও চেনবা মানবা কবিতা অমা-অনী লাইবিক অসিদা থেংনবিগনি। ঐখোযগী মবক্তা নুতিগী ঙাংনবিবা ব্রাঙাং-শঙাংদা তোয়না শীজিন্নবা ব্রাহে-ব্রাতা কয়ামকম অমসু কবিতা খবদা থেংনবিগনি।

চীং-মান্দা কোয়না চৎলগা প্রকৃতিগী ফজবা য়েংদুনা শৈথাবা, উমং-ব্রামংদা পাইবিবা উচেক-ব্রায়াগী নুংশিবা খোঞ্জেলনা ঙহাক্তং শুমহৎপা, নীম মচুগী অতিয়াদা কোয়পাই পাইবিবা অঙৌবা লৈচিল অমসুং মকোয় মান্নববা থাজনা পোইটিক আপিল পীবা ঙমদে। হকথেংনবিবা সমাজগী নাক-য়েত্তা থোক্লিবা থৌদোক-ব্রাথোকশিং, মবায় চায়থববা সমাজ অসিগী অমোৎপা, শক্তি লান্না শীজিন্নদুনা অচম্বা অমসুং অতোনবা মীওইশিংবু ওৎ-নৈবগী থবক চখবিবা, শম্না হায়ববদা, পৎলবা ঙসিগী অচৌবা শাবা মীওইশিংনা শান্নবিবা মোবেল য়াওদবা বাজনীতিগী অমসুং ওফিশিয়েলশিংগী মবক্তা য়াওশিন্দুনা মখোয়গী অশোয়বা অমসুং অরানবা পুথোক্তুনা উৎননবা হোৎনদে। মখোয়শিং অসিগী

মবমদা ময়েক শেংনা, মনুং-মপান খাক্তনা পাউদম্বা হায়বা অসিসু অবায়বা থবকপুদি নত্তে।

সাহিত্যগী ঈচেলদা মিং অমা থোনবগী মতাঙদনি— রোমান্তিক, নিও-ক্লাসিক, ক্লাসিকেল, মোর্দন অমসুং কন্তেম্পোরেরী। খৃৎই খরাগী মান্ননা পবীং নাইনা চথবকপা, চহী-চাগী পথাপ থাবগা ওনবদা নুংঙাইনবা "অকক্লবা মতম" খবরু তোঙান-তোঙানবা সাহিত্যগী মমিং থোনবা অসি চৎনৈ। অইবা কয়ামকম অমা কাঙলূপ নাইনা পূনশিন্নবগা, শাফূ কনবা রাখলগী ঈচেল অমমম চপ মান্নবা খৃৎইদা অথোই-অহেন তান্নবকপা সাহিত্যগী পবীং কয়া অমসু লৈরি। কাঙলূপ ময়াম অসিবু পূন্না তাশিল্লগা মান্নবদগী খেন্নবা শক্লোন অমা পুথোবকপা গুম্বা সাহিত্যকাবশিং অদুনি ঐখোয়না শীংথানবিবা। সাহিত্যগী অসিগুম্বা শাফূগা চেন্নবা ঈচেল অসিবু মিংথোল অমা পীদবা য়াদবনিনা থোনখিবনি — রোমান্তিক সাহিত্য, ক্লাসিকেল, মোর্দন অমসুং কন্তেম্পোরেরী সাহিত্য অসিনচিংবা। অসুম্না পূনশিন্নখি মণিপুরী সাহিত্যদা খোর্জেই খৃৎমাবম্বা কুনশুবা শতাব্দী হৌবকপগী অঙনবা মতম অমত্তদা থেংনবম্বা সাহিত্যকাবশিং ঃ হাওদৈজম চৈতন্য, শ্রীমকব সিংহ, ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল, ওইনাম গোকুলচাঁন্দ, পুখ্রম্বম পাবিজাৎ, ব্রাহেংবম য়ুমজাও, খোমদ্রাম ভুবনচন্দ্র, য়েন্দ্রেম্বম বঙ্কবীহারী, অয়াম কমল, মুতুম ঝুলোন, ফুরাইলাৎপম অতোম্বাপু, খুমন্থেম মধুমঙ্গল, সিনাম কৃষ্ণমোহন, মোইরাংথেম চন্দ্র, রাজকুমার অতোমপিশক, নিংথৌজম লৈরেন, পোৎশংবম চাউবা, রাজকুমার সেতুসানা, মুতুম কোইরেং, অবাম্বম ইবুংঙোহল, কোঞ্জেংবম গৌড়ো, আখাম চাউবা, জনমেজয় অসিনচিংবা। মখোয় খবা অসিগী সাহিত্যনা কাঙলূপ অমা শেম্বা য়াই।

অমরোমদা, রোমান্তিক সাহিত্যগী ঈচেলদা খৃৎমাবম্বা মণিপুরী সাহিত্যকাবশিংগী মনুংদা পনবা য়াবদি— চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ, হিজম অঙাংহল, সোরোখাইবম ললিত, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, খাইরাকপম চাউবা, হিজম ইরাবোত, হৰাইবম নবদ্বীপচন্দ্র, লমাবম কমল, অশাংবম তোম্বী [মীনকেতন], অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ অমসুং রাজকুমার শীতলজিৎ অসিনচিংবনি। পোকখিবা মতম অমসুং সাহিত্যগী খৃৎইদা "লিটরেরী টেম্পর" হাইরগ মান্ননা ফোঙদোকপা অইবশিংগী মনুংদা অমুক শেমগৎপা য়াই মিংথোন অমা কাঙলূপ অমা। মসিদা গুরুঅরিবম সুবচাঁন্দ, সঞ্জেনবম নদিয়া, রাজকুমার ঝলজিৎ অমসুং খুমন্থেম গৌরকিশোর পূনশিন্নবা য়াই। মখোয়গী সাহিত্য খৃৎইগা হেক মাইয়োক্ন না লম্বা তৌনবকপা লিটরেরী টেম্পরদগী মণিপুরী লোন্দা থোরকখিবা অনৌবা শক্লোন, হায়বদি— খুমন্থেম ইবোহলগী সাহিত্যদা ইনহিবিশন য়াওরক্তবা, ভললেবিটিগী মহাও পুশিল্লক্তুনা অকাম্বা লোল শীজিন্নবা খৃৎইগা ইশম শম্নবকই রাজকুমার সুবেন্দ্রজিৎ,

লাইশ্রম সমবেন্দ্র, এলাংবম নীলকান্ত, শিজগুকময়ুম নীলবীব, এলাংবম বজনীকান্ত, কাংজম পদ্মকুমাব অমসুং থিয়াম ইবোহলগী খুৎইশিংগা। মণিপুবী সাহিত্যগী ঈহৌদা মমাঙ চহী-চা কয়াগী অইবশিংনা খন্নবমদবা, মখোয়গী লিটবেবী সেন্সিবিলিটিনা য়ৌশিনবা ঙমদনা ফোঙদোকখিদ্রবা, খ্বাইদগী নৌবা খোৰ্জে খুৎমাবা কাঙলূপ অমা অমুক থোবকখি, মখোয়শিং অদুদি– নোংথোম্বম শ্রীবীবেন, বাজকুমাব মধুবিব, থাংজম ইবোপিশক অমসুং য়ুমলেম্বম ইবোমচা অসিনচিংবগী অনৌবা সুব, অনৌবা শাথেক, অনৌবা লোল অমসুং অনৌবা সমাজ অসিগী মীওইশিংনা থেংনবকপা অনৌবা পূন্সিগী মহাও অমা।

মণিপুবী সাহিত্যগী ঈচেল অসি তাঙ্কক কয়া থোক্ল খায়দোকপা য়াই, খুদম ওইনা– ইংশোক ১৮৯০ দগী হৌবগা ১৯৩০ ফাওবগী মনুংদা লৈবম্বা অইবশিং [তাঙ্কক অসি য়াম্না মক ওইবা, মণিপুবী সাহিত্যগী ঈচেলদা ২০ শুবা শতাব্দী চঙলকপগী অঙনবা মতমদা থোবকখিবা কাঙলূপ অমবু খঙনগনি। মখোয়না থনম্বা খুৎই কয়ামকম হুজিক অমুক হন্না থিজিন্দুনা সাহিত্যগী মমল লেপ্পা দবকাব ওইববনি।] অনীশুবদা, ইং শোক ১৯৩০ দগী ১৯৫০ ফাওবনা কাঙলূপ অমা, অদুগা অমুক ১৯৭০ ফাওবদা থোবকখিবা অইবশিংগীনা অতোপ্পা কাঙলূপ অমা। অবোইবদা, ইং শোক ১৯৭০ অমসুং মসিগী মতুং তাবকপা, হুজিক ফাওবদা হিংদুনা লৈবিবা অইবশিংগী তোঙান-তোঙানবা খুৎফোঙদোক শীজিন্নদুনা মান্নবা সাহিত্য পূৰ্কৈদগী চিংথোক্লগা অশাওবগী, সমাজদা কবেম্নবগী অমসুং চৈবা ঙম্বগী শক্তি শীজিন্নবকপা, ওবসিনিটিগী ৱাহৈ মনীং তম্না কবিতাদা অমসুং অতৈ খুৎইশিংদা খুৎ থাবা হৌবকপা অইবা কাঙলূপকী তোঙানবা শক্তম অমা।

লম খুদিংমক্কী ইতিহাসতা, মীৎকূপ খুদিংদা চহী হাইবপ মান্নবা সাহিত্যকাব কাঙলূপ অমমম্না *[Jugendreihe]* লম অদুগী সাহিত্য ঈচেলদা অচৌবা, অহোংবা অমা শোয়দনা পুবকই। মথক্তসু পঞ্জগ্রে, ২০ শুবা শতাব্দীগী অহানবা তাঙ্কক্তা থোবকখিবা, স্কুল অঙাংশিংনা অম্নবা লাইবিক ময়াম ইনবকপদগী অনৌবা মণিপুবী সাহিত্যগী লমহাঙদা ময়োল চোংলকখিবা অনৌবা লোনগী ৱাবেং শৈবেং, অবিবা মণিপুবী অমসুং বাঙ্গলা লোন্দগী খবা-খবা হন্দোক্তুনা পুথোকপা হৌনবকই-- লোনগী ফজবা, চীং-লেম্বা শাথেক অমা, কাচিন-কোয়া য়ৌনা শোকপা মীওইবগী থম্মোই মপাউ পুবা ঙম্বা মণিপুবী সাহিত্য। ঈচেল লেপ্তুনা চেম্ব্বিবা তুবেলগী মশক ওইবা মণিপুবী সাহিত্যগী অৰূবা অমসুং অনৈবা ঈশিং মবক অসিদসু মতম-মতমগী ওইবা সাহিত্যগী অখাবা, অথুম্বা, অশীনবা অমসুং য়োংশিনবদা হাউতবা মহাও অমমম শীবিবি। লাইবক থীবা

অমনা, কুনশুবা চহী-চাগী অহুমশুবা ডিকেদতা থোবকখিবা মণিপুরী সাহিত্যকাবশিংঃ ডা. কমল, চাউবা, অঙাংহল, দবেন্দ্র অমসুং নবদ্বীপচন্দ্র [মিং খরা পল্লবদা], মখোয়গী খুৎইশিংদা মতম অদুগী মণিপুব সমাজবু মশক তাকপা ঙস্না সাহিত্য থম্বিবমদবা অসিনি। শতাব্দীগী হৌগৎলকপা তাজিন্দা নুতিগী হকথেংনবিবা, লান মতুঙগী নৌনা শেমগৎচবা মণিপুব সমাজগী চৎনবোল, ধর্ম্ম, তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃতিগী শক্রোন, মীওইবগী মবী, মতম অদুগী মীওইশিংনা ঙাংনবা লোন্দা-পুদাশিং অমত্তা মখোয়গী খুৎইদা থেংনদে। অমবোমদা, মখোয়দি চুম্নগী বোমান্তিক সাহিত্যকাব ঙাক্তনি হায়বদা অৱানবা ওইবোই। চীং-মান্দা, হৈপাল-লৈপালদা, পাৎ অমসুং তুবেলদা, প্রকৃতিগী শক্রোন কয়াদা ঙাওখিবা, উচেকুম কোয়না পাইবগা, সুনতবংগী ফজবা অমসুং ভাবকী সংসাব অমদা হিংখিবা সাহিত্যকাব ঙাক্তনি। ঐহাক্কী কবিতাদা য়াওবিবা প্রকৃতিগী শক্রোন অসিনা, অথীবা মশক য়াম্না উকববা, নুংশিবা মনম চেন্দ্রবা, পুমথববা সমাজ অমদা পোক্লবনা, ফীবম শোকচিল্লবা অমসুং হিংবগী মঙম শান্দ্রবা প্রকৃতিগী শক্তম অদু উৎচবনি।

ঙসি হকথেংনবিবা সমাজ অসিনা ঐঙোন্দা হিংবগী অনৌবা মহাও অমা [নৎত্রগা থম্মোইগী ফিলিং অমা] পীবিবি। পূন্সি তম্খায় চল্লক্রবা নুপা অমসুং নুপীশিংনা থেংনবকপা নুংশিবা, কায়নবা, থুংনবা, অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা, মীওইবগী মবী, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী চৎনবোল কয়ামকম অসিনা "য়ানশিন্নববা ইক্সপবিয়েন্স" অমা শেমগৎতুনা ঐঙোন্দা অনৌবা অমসুং অথুম্বা মহাও অমা পীবিখি।

মমাংঙৈ' হৌখ্রবা, অমুক নৌহৌনা চেলহনবা য়াববোইদৌবা ইতিহাসকী ঈশিং-ঈচাউ মবক্তা ঈবাক্রদুনা পূন্সি লোমখ্রবা লমদম অসিগী নিংথৌবেল কয়াগী উৎপা ঙমখিদ্রবা মথৌনা, মখোযগী নুংশিবা, কায়নবা অমসুং থুংনবা- ফিলিং ময়াম অসিনা ঐহাক্কী কবিতাগী য়াঙলেন শরুনি। ইতিহাসকী থৌদোক-ৱাথোক কয়াগা চেন্নবা, সাক্ষী লৈহৌববা ৱাথোকশিং হঙ্গৎনা অমুক নীংশিংলুবদা থম্মোইদা অঙকপা 'পোইটিক থ্রিল' অমা ফাওহল্লি, অদুনা ঐহাক্কী কবিতাদা মখোয়গী পূন্সি, মখোয়গী নুংশিবা, মথৌনা অমসুং পাঙদবা ফিলিংশ কয়াবু ফোঙদোকচে, থম্মোইদা শেংনা ফাওবকপা থ্রিল অদু মীৎমাঙদা উৎচবনি। নিংথৌবেল কয়া, মহাবাণী, অঙম্বা, অতোনবশিং অমসুং ওক্তবী, মীয়ায় চল্লবা নুপা অমসুং নুপী— মখোয়গী থম্মোইদা ফাওখিবা শক্লোনশিং অদুনা ঐঙোন্দা মফম-মবাঙ খঙদবা ফিলিং অমা তোয়না পীবকপদগী ঐহাক্কী কবিতাশিং ইখিবনি।

কবিতাগী খুৎফোঙদোক্তা ৱাবেং মানবা খুৎই খবা [ৱাৱী লীবা মানবা] থেংনবিগনি; মসিবু পাবীবিবশিংনা অদুম্মক লৌবিবদা অকায়বা লৈতে। থায়নগী ইতিহাসকী পবীংদা

সাক্ষী অমসুং প্রমান্না সাহিত্যগী য়ুম্ফম থোন্দুনা মমাঙগী ৱাথোক কয়ামকমদা অনৌবা পোইটিক ইক্সপরিয়েন্সকা লোয়ননা নৌনা অমুক পুথোকচবনি। থোকখিদবা, ইতিহাসকী মচাক মানবা শাশিন্নবা ৱাফম অমত্তদা শৈবাংদুনা কবিতা ইননবা হোৎনদে। খুদম খবা পল্লবদা– জয় সিংহ্ মহারাজগা বৃটিশকা সন্ধি তৌনবগী ৱাফম, গম্ভীর মহারাজগী ৱাথোক, চন্দ্রকীর্ত্তি, সুরচন্দ্র, কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গালগী ৱাবী কয়ামকম প্রমাণ লৈবা ডোক্যুমেন্টশিংনা মতেঙ পীরি। ডোরেগব মহারাণী কুমুদিনীগী ৱাথোক, রাজকুমারী সনাতোম্বী, মহারাণী ধনমঞ্জুরী, মাইপাকপী অমসুং ইথেল গ্রিমউডকী ৱাবী কয়া প্রমাণ লৈবা ঙাক্তনি। হেন্না হায়জিনবা য়াওদে, ভাবনা পংশা-শাগৎপা পোইটিক ফেন্তাশি নত্তে।

কবিতাগী লাইৱিক অসি শকক অনী থোক্লা খায়দোকচৈ, অহানবা শকক্তা, ইংশোক ১৯৭৮ গী জুলাই থাদা ইবা হৌবগা ১৯৭৯ ইংগী সেপ্তেম্বর তাং ২৮ দা লোইশিনবা শকক অমা। অনীশুবদা, ইং ২০০২ গী জনুৱারী থাদা ঐনা হোস্পিটালদা লৈরিঙৈ মতমদা ইজখিবা শৈবেংশিংগী কাঙলূপ অমা। শকক অনী অসিগী মরক্তা তোঙান-তোঙানবা খুৎফোঙদোক থেংনববসু, শৈবেং খুদিংমক মরী লৈনদবা হায়বা অদুদি ওইদে। মরমদি, অঙনবা মতমগী কবিতা খবদা শীজিন্নবা সাহিত্যিক ইমেজরী নৎত্রগা সিম্বলশিং, মতুঙ তারকপা কবিতাশিংদসু অদুম্মক থেংনগনি। শীজিন্নবদা অর্থ হোংদোক-হোংজিন তৌবগী ভাব চেন্দে, মতম্না পুরকপা ইক্সপরিয়েন্স অমসুং পোইটিক ফিলিংশনা অইবদা খবগা হেন্না থেংনবকপা, খঙলকপা অমসুং হেন্না মপুং ফাবকপা সাহিত্যগী মহাও অমদি শোয়দনা ফংবিগনি।

পৃক্সিদা য়েংলকপা মীৎয়েং, মীগী মরক্তা চেল্লিরবা মরী, নুংশিবদা কায়নবা অমসুং থুংনবা, হিংবা অমসুং শিবা, সমাজগী চৎনবোল, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতি– অসিনচিংবা হীরম কয়ামুক্তা নহা অমসুং অহল ওইবশিংগী ৱাখল অমসুং মীৎয়েংদা খেন্নবা অচৌবা অমা লৈরনিনা, কবিতাশিংদা ঊৎচবিবা নুংশিবদা কায়নবা নৎত্রগা থুংনবা অসিনচিংবা, অহানবা মখলগী [নহা ওইবশিংগী] ৱাখলগী কাঙলূপতা চলহন্নীংদে। অনীশুবা মখলগী পোইটিক ফিলিংশ খবা অসিগা ইরোয়ননা শীজিন্নবা মক ওইবা ৱাহৈ খবা, খুদম ওইনা– [অতিয়া, অমম্বা, ময়ায় চবুক, শব্দগী মখোল, ফিবাংজি, খুইববা ঊনশা, খুজিন মপাল, অঙাংবা চীনবান, শকয়েং মিংশেল অমসুং গুলাপ], ৱাহৈশিং অসিগী তোঙান-তোঙানবা অর্থ অমমম চেলহন্দুনা সিম্বোলিক ওইননবা হোৎনজে।

কবিতাগী অনীথোক্লা খায়দোকচবিবা কাঙলূপকী মরক্তা, য়ামদ্রবদা চহী ২১ মুক্কী অহোবা অমদি শোইদনা লৈরে, অদুম ওইনমক, কবিতা ইবিবা মীওইদি মশা অমত্তনি,

মীৎয়েং অমত্তনি। চহী ২০ গী মমাঙদা ফাওবম্বা ৱাখলগী লংজীন অদুম্মক হেন্না মপূং ফানা ফোঙদোক্লবা হোৎনবকপদা লুশিল্লকপনি, পূন্সিদা অমুক হন্না ফাওবকপা, হেন্না মপূং ফাববা ৱাখলগী লংদাই অমা থেংনবকপনি।

অপাবশিংগী নুংঙাইনবা অমসুং ৱাহৈগী কবিগুম্বদা অর্থ লৌশিনবদা খুদোংথীবা থোক্তনবা, খবা মখোঙ শেংফাত্তবা মানবা কবিতাগী নৎত্রগা ৱাহৈগী হৌবকফম তাকপা মতাঙ অমা লাইবিক অসিগী অবোইবা শকক্তা হাপচবি। মণিপুব ইতিহাসকা মুন্না শকখঙনদ্রিবা কনাগুম্বা অপাবা মীওইশিংগী খুদোংচাননবা শৈবেং অমমমগী ইতিহাসিক ওইবা ৱাফম নৎত্রগা ৱাহৈগী মপূং ফাবা অর্থ অমসুং মবী লৈনবা হৌবকফম তাক্তনা হেন্না ময়েক শেংনবা হোৎনজে। কবিগুম্বা মতাঙদা ফুল ইক্সত্রেক নৎত্রগা ওবিজিনেল সোর্শ থেংনবিগনি।

অবোইবদা ঐহাক্না পঞ্জনীংবদি, মতম কুইনা চহী কয়াগী মমাঙদগী নীংবা থুংদনা তূমিন থাঙদুনা লৈজবক্লবা ঐহাক্কী কবিতাশিং ঙসিদি ময়াম মমাঙদা লাম্থোকচবা ফংজবা অসিনি।

মণিমোহন

[১০।৪।২০০৭]

# লাইরিক মনুংদা য়াওবিবশিংগী লামায় উৎপা

কবিতাগী মশীং অমসুং মমিং | লামায়
---|---

অহানবা শরুক [জুলাই ১৯৭৮-সেপ্তেম্বর ১৯৭৯]

**অনীশুবা শরুক [জনুৱারী ২০০২-সেপ্তেম্বর ২০০২]**



**কবিতাগী মরী মখোগু তাকপা 'নোটস'**

## অহানবা শরুক
[জুলাই ১৯৭৮-সেপ্তেম্বর ১৯৭৯]

(১)

## ৱাহং অমগী কবিতা

হে' নুঙগী মূর্ত্তি,
তুখোঙ খূদিং থৱাই পানবগুম
ৱাখল তৌবিবা চূবা মেত্তুনা নহাক্লা
খুন্মু ঐগী কবিতাগী ৱাহংসি।
ফজবা অমা শাগৎপদা
ঈহিং মবক্তা খাঙখিবা চৈনাখোল,
ফূইনা হোনখিবা স্বব মতেক
পূম্নমক অসি কাউথোক্লগা
ঈহিং থকপা কৈশাল মমানা
মচাগী অমোৎপা শীৎ-নান্না মবৈনা লেকথোকপা !
কদাইদগী থোবকপনো নীংথিববী নুজাদু
ভাবকী ফুঙ্গা ৱাবীগুম লাকখিব্রা মহাক অমম্বদগী ?
চোংথোবকপ্রা মেনকা লৈচিল মকুমদগী
লাইনিঙ পবৈ থুগাইনবা মুনিদুগী ?
পাঙ্গল লৈববা কৌবব চামা
লৈবাংগুম শাৎখিববা চফূদা ?

৫ মেরা ৱাম্মুঙবা, ১৯৭৯

**লমসিঙ্গী ৱারী**

(২)

# ফিরাংজি

তিংথোক্লি ঙসি ঈমাঙদা
বাখলগী মপান নাইদ্রবা অমনবা ফিবাংজি
মথক'সিদা য়েক্লি ঐহাক্কী পূক্নি থৌদোক কয়া'মা।
খুৎ চঙনা হৎখ্রবা লৈবাং কয়াগী নমুনা
অবাবা-নুংঙাইবা নুবা মচীন-মনাও অনীগী
কুপ্লবা য়েত্তুম মতোন্দগী চিংথোবকখিবা
বাহং পাউখুম ময়াম অমা
ঐহাক্তগী শকক ওইফবোই।
ঐবু ঙসি ওইহল্লকখিবা শাফু কয়া'মা
ঐবু নোকহনখিবা অমসুং কপহনখিবা
পাপ-পূণ্য অনীগী হৌবকফম মকশিং
য়াওফম থোকই ঙম্লমক মখোয়সু।
শাংলবা পূক্নি অসিদা
মীৎলুগী পিবাং মবীক্লা শেমখ্রবা
পাক্লবা সমুদ্র ঈয়াইদা তাউথবি
মাইকৈ লেপ্লবা খুৎলাই য়াওদনা
থম্মোইগী পীক্লবা হিনাউনা
নোমহৌ-নোমহৌ ঈমাইথক্তা ।
য়েংঙু, ফীবান্দা হৎলিবা মোমোন মাইথোঙ অসি
খেন্নববা, তপবন মনুংগী চমজববী শকুন্তলাগা?
মুন্না য়েংঙু, অঙাংবা চীনবান, অবাওবা মীৎপান,
আঃ নত্তে নুংশিবগী, নত্তে অচম্বা পূক্নিগী,
শুকং মনুংগী মাশা পানবা চীংলাইগুম
অকঙবা নাপী মখাদা লোৎলিবা লিলহাগুম
থকখিবনি ঈখেঙ চুপ্তুনা,
থিনখিবনি মহূনা পাঙদ্রবা ঐগী থম্মোইদা।

তপ্না-তপ্না কোনশিল্লে ঙসিদি
হৎপা লোইববা পৃক্সিগী অমনবা ফিবাংজি,
অদুবু মবাল লৈতে খঞ্জবা থম্মোইনদি
অথোইবগী লংলা অমদা
হীক-হীক কপ্তুনা য়াম্থবি ফীবান্দা ।

* * *

## (৩)

# লমসিগী ব্রারী

[কবিতা অসি ঐহাক্না বিসার্চ তৌবিঙে মতমদা পাখিবা Charles Pierre Baudelaire (1821-1867) গী অপূনবা শৈবেং লাইরিক *Les Fleurs du Mal* (1857) দা য়াওবা *Le Cygne* (The Swan) অসিদা শক্তম লাংদুনা ইজখিবনি]

ঙসি'মুক নীংশিংগে ঙান্ধবৈমা নহাকপু'
অপীকপা মমল য়াউদবা থাইনগী শকয়েং মিংশেল অমদা
উবক্লি নহাক্কী মীৎ-থক্লা চীং লেম্লবা
মপাং য়াওদ্রবা লুখ্রাবীগী মাইথোঙদু।
নহাক্কী ব্রাববা মীৎলুদা চেন্থবম্বা
নম্বুল-ঈবিল অনীগী তক-তকবা লাইজনা
অসুক থুনা কংখিবা, অসুক থুনা খকখিবা
মান্নখ্রেদা, মাঙখ্রবা অবীবা মৈতৈ লৈবাক্লা
মতমগী তুংইন্না লোৎখিবা ।
ব্রাখন্দা মুৎশি উবকই মচী-মচীদা অমোৎপা
মশক থীজিল্লবা সনা কোনুংগী চাইথোক্লবা যৃম্বীশিং,
ফজবদা মীৎফম হোংবা য়াবমদবা
শাবা-শম্লে ঙসিদি লৈনাঙ তৈববা নুঙপাকশিং।
হৈ-শিংলবা চিত্রকাবনা য়েকপা
মশম-মনা ফাববা লায়ববী কৈথেল নুপীনা
ইকোম কোয়া হীপ্লি ঈংলবা অতিয়া মখাদা,
অহীং চূপ্পা শিথকব্বা মহাক্কী পৃক্সিগী 'মথৌনা',

মীৎকপ থোবকই অয়ূক্কী মঙালদা
লৈবা-য়োনবগী লোইবা নাইদ্রবা পূন্সি' লানফমদা।
নিল-খোংবদগী লাপথোকত্রবা মালঙগী অচীকপা মবক্তা
মশক থীববা লম্বী-শেম্না নূপানা,
খোঞ্জেল য়াক্লা লাউবকই অমোৎপা রাহে অমখক
মীৎকৃপ্তুদনি উরকখিবা থায়নগী শকয়েং মিংশেলদা ।

*

শাবঙদগী নাম্থোবক্লবা মিপাইথীববী কাংঙা অমনা
কৃপ্ন-কৃপ্না থাংলি পাববা খোঙশানা
অকনবা নুঙ্গায় মথক্তা, অয়াকপা নুংশা মবক্তা,
মহাক্কী অঙৌবা মাশানা হুন্নি লেপ্পা লৈতনা,
লাওনা কাথোক্লি মচীনসু নোংদোন্দগী লাইজ ঙাইবগুম ।
ঈশিং কংব্রবা খোংবান্দা
ঈথক-থক্লা শান্নবি উফূল্লক্তা ওন্দুনা।
নুংশিববা মপাম লমদম খঙহৌদনা নীংশিংলগা
থম্মোই শোক্লা কপ্লি কাংঙানা—
আঃ লাইজ নহাক খীক্লবোই হায়ববা নোংদোন্দগী,
অশাওবা মাঙত্রববা আঃ নোংথাঙ নহাকসু ?
ফীজোল হোংখবে ঙম্নমক ঙসিদি,
অদুবু কদায়, ঐগী অরাবদি মচী ফাওবা লেংঙমদ্রি।
সনা কোনুংগী নৌনা শাগৎপা 'মীহাৎশঙ'
মফম কয়াদা পৈশখৎলিবা নুঙপাকশিং
চামথোক্রবা হকচাংগী অমোৎপা কায়াৎশিং
শোইদনা লৈফম থোকই অবোনবা অর্থ মখোয়গী।
মতু শোল্লবা কাংঙানা
থক্তুনা চেঞ্জবা ইকি-কিনা
নোক্লীংবা অমসুং ফজবা অনীমক য়ান্ননা
উবে মহাক্কী থম্মোইদা তশেংনা
লাঙতক্লবগী মমি অমা কনাগুম্বগী
লোই থাবমদাই অবাপ্পা মফম অমদা ।

আঃ ঙাক্পবৈমা নহাকসু
শক্তি চেল্লবা নিংথৌবেলগী মথাদগী তপ্ন-তপ্না হীকথবক্লি,
নুংঙাই-য়াইফববা সনা কোনুংগী অমোনবা তেবা'থক্তা
মীৎকুপ খবদং মোমোন তৌবন্নগা
অদুক থুনা লুপ্পা লৈমন ওইহৌবিবা ।
ঙসি উবে লৈবাক অসিগী
মশেন-মবাং মমি মবক্তা ৱাববা থম্মোই অমা
হীক্লা কপ্লিবা খোঞ্জেল থোক্তনা।
শব্দ খক্তং' য়োন্নবা
যোক্কাব থুংলবী নুজা অমনা
অচোংপা লৈখোমদগী যেংলি মীৎন্না অনীনা
অথাবা লৈচিলগী ৱাংমদা
অবাপ্পা মপাম লমদমগী নুংশিববা লমহাঙ-তুহাংদা
উচান পাম্বী কযানা মপাল ফূগাইনা শাৎলিবা।
মীওই খবনা কপ্লি লোইবা নাইদনা
মাঙথ্রবা পোৎ অমা পূজিগী হন্ন-হন্না থিবদা
ফংলবোই খংজববা থম্মোইনা ।
মখোয় অসিনি—,
ঈখৌ লাংবগী চাক্লবা থম্মোইনা
মশাগী মীৎলু পিবাং খূজোক য়াদুনা থকচবিবা,
মবুক তপ্লবী কৈশাল মমাদগী থকপগুম,
মখোযনা চিংলি হন্ন-হন্না অৱাবগী খোম চূপ্পুনা।
অবাম-খৌবাংবনা মবুক শীৎথ্রবা
মমা লৈজদ্রবা লমদমসিগী অঙাংশিং
খুইথবক্লি তপ্ন-তপ্না অয়াকপা নুংশা মৈশাদা
লাইজ ফংদ্রবা অথোংপা লৈবাংগী মতৌগুম।
আঃ কনানো নহাক অদুক ৱানা নাহেবিবা—
মৈ হৌববা লৈঙোই মথকসিদা
নপাঙ কায়নথ্রবা লম্বী চংপবা নহাকসু—?
নহাক মাইথীবে পূজিদা, ফাজীনত্রে নখোঙ-নখূৎ,

মুন্না য়েংঙু—
নঙগী হকচাং তম্না নেমথবক্লিবা
থৌববা থাঙপাক ময়াসিদা ॥

(৪)

## হেন্সোইনা চেনবা

ঈংবনা নীক্লবা ৱাকচীং থাগী অহীংদা
খোঞ্জেল থোক্লবা থৱাইসিনা
ৱানা খাঙলি ভাবী 'অকম্বগী'
তপ্না জ্ঞান মাঙথবক্লবা মীৎ অনীনা
মশেন-মবাং উবকই অমম্বদা ঃ
*ঐগী হকচাং' অকোয়বদা চুঙ্গোয় শাগ্রবা*
অকিবগী মমিশিংনা মিপাইহল্লি শোল্লববা থম্মোইবু,
ঈঙাং ঙাংনা চোৎলবা চীনবান অনীগী
অমোনবা উনশা মবক্তা উহল্লি য়াতোন অঙৌবা॥
নুংশিবা লৈনম চেনবসু নত্তে,
খোই-খোই শাংলবা অমুবা শন্নাং চবুন্না
ঈশিং চাইবীগুম চেম্থবকপা অৱাংবা চীংদোন্দগী
খঙহৌদনা খুমজিনখি মাইথোঙসি,
তপ্না নেমথবক্লিবা মহাক্কী চীনবান্না
ফাওহল্লি অশাবা ঈহিং মনম॥
চফুনা মৈবৌ হেন্না ফংবগুম
অশাবনা শন্দোকখি হকচাং কায়াৎ শীনবা থুংনা,
লোৎথ্রবা অহীংগী অমম্বা মবক্তা
অহাঙবদা পাইবা তন্দনগুম
লমহূই কৈশালগী মৈবূন মানবা মমীৎ
কোইতাউ তাউবি অহাঙবা সুন্দ্রংদা !
ময়াই কাববা ঐগী খুৎশানা

মাঙদা উবিবা অথোংপা কায়াৎশিং
অমুক্তং থেংলুবা ঙমখিদে
মসিবু যাদু হায়বদুবনে—
উবিবা তন্দনশিং হকচাংদুবু ফাওদোক্লুনা?
[অদুবু] নাপীথক নংত্রগা নুঙ্গাইবক ওইসনু
ঐহাক্কী স্বর্গনি মফমসি, হে থবাই, ঐগী থবাই ।

## (৫)

## কংফালথক্তা তেংথাবা

কয়াদা মীনুংশি খঙদ্রিবা
জগৎসিদা হিংলিবা শা-ঙা 'পূন্নদগী
হান্ননা চাওখৎখববা মখোয়সিনা
নমথাক্কী ফজবা-নুংশিবা মিকাবদুনা
নোংথক্তা উঙলিবা গ্রহগী খোঙচৎ পাবগা
মবাইবক শেন্নি হেন্না নুংঙাইনবা।
মীনুংশি খঙদ্রবা মখোয়সিনি—
লোইনবীগী অতোঙবা চনীং ভাকথোক্লগা
ভূত-প্রেত কিহন্দুনা চেনখিনবা
(অপাম-নুংশি থুংননবা)
থাবুম শুববা ঐহাক্কী চনীং শেগায়বগা
নুংঙাইনা তুমখূন তাঞ্জবিবা
ঈবুঙ্গুংগী ইমোমশিং লৌথোক্লিবা ।
লোয়নবীগী অমোনবা খূৎশা পবেংদা
লূপানা মবী চিংদুনা, সনাগী কোঙ্গোল মবক্তা
পবেং-পবেং যাম্ফুরি— থম্মোই কায়ববা, পূক্নি লোইববা,
ঐগী নুংশিববা থবাইগী ইমোমশিং ।।

(৬)

*'There died a myriad*
*And of the best, among them,*
*For an old bitch gone in the teeth,*
*For a 'botched civilisation '*
— E Pound, H S M

## নোংমা শোযরোই

মোৎলবা সভ্যতানা মীওইবগী হকচাং'
পুমথববা শা-ষনগুম তীল-কাণ্ড ইন্দুনা
মতমগী ঈচেল্লক্তা লাউ-খোংনা তাউথবকপা।
সুদানগী কোনুং কাবতুমদা হাৎখি মীওই কয়া,
মবূক তপ্লবা নাইলবু ঈপুম-নাইপুম্না তাউহনবা
মবৈবাক কন্নবা হোৎনবদা মৈ হৌত্রবা থম্মোইনা
ফোং-ফোং শাববা ঈপোম মবক্তা
চেল্লি তপ্পা ঈগী ঙ্গাব ঈকাদুনা ।
নম্বুল, ইম্ফাল, ঈবিন্না কবি উৎলিবগে জাতিসিগী?
চাওখৎলবা সমাজগী চাওখৎপা পাম্বা মীওইনা
নমথী হানম্না শাবা-শন্না য়োন্নবা
ফমজীনখ্রবা, খোঙচৎ লেপখ্রবা অমোৎপা লাইজনা
ঙসি উৎলি জাতি'সিগী খম-থেংলবা সভ্যতা।
নাইল তুবেলগী ঙ্গাব ঈকাবদা
মহৈ-মবোং পুবকই লৈবাক্কী চাকথুঙ ওইনবা,
নম্বুল লাইজনা খকখ্রবদা ঈচেল লেপ্তুনা
ঈ তৈববা নাব্রা অপিশক য়াক্লা কপ্লি তোর্বান্দা ।
লৈবাং কয়ানা ফৃগাইনা শাৎলিবা
মীশিসিগী তোর্বান খোঙনুংদা
লৈবা-য়োনবগী লল্লোন-ইতীক তৌনবি,
লাইমিং লৌনবি নুপী-নুপা কয়া অমা

জোর্দ্দান তুরেলগী ঈবোন্নুংদা।
থাউনম শাংলি লৈবাং চবুন শেমদুনা
ইম্ফাল তুরেল খোঙবান্দা অমাং-অশোয় মবক্তা,
মফি থোক্লবা অঙাংনা লৈনাঙদা ওল্লি থবো-থবো
ঈবিন তুরেল লাইজ খোঙনুংদা।।
[অনকপদা উবে, মবায় চায়থবগী মমি অমা—]
নোংমদা শেমখিবা লৈবাক নত্তে,
বোম শহর, আতলান্তিস, মোহেঞ্জদারো, হারাপ্পা।
শাংলবা মতমগী খুৎশেম্লি,
অথেনপোৎনি লোইবা নাইদ্রবা 'মতমগী'।
ইশং কাদুনা যুগ কয়া লৈবোন্নুংদা
ফুন্নুবগী দাগফম লৈববা

অবীবা মঙ'লৈবাক ঙাক্তনি ।
অদুনা থিন্নবি, য়েংনবি তুংগী মীওইনা
থাইনগী মতৌ তম্নবা, চাওখৎপগী মঙাল ফংননবা।।
লমসিগী নুংশিববা ইচীন-ইনাওশিং
কবি লৈবে নখোয়গী হযেং' খুদম ওইহৌনবা— ?
নোংমা শোযদনা লাক্তনি,
যুগ কযাগী তুংদা জাতি কয়া অমসু,
খঙলকখিনি মখোযনা, থিবকখিনি—
— ঙসি হিংলম্বা 'ঐখোয' কৌবিবা জাতি অসি,
নুংশি খঙদনা হাৎন-শুনবা,
ধর্ম্মদগী লাপথোক্লবা
মীতোপ-মীবানবু য়েক্লবনি খনবা
ইপণ্ড পণ্ডজবা জাতি অসিগী মীওইনি
ফংলক্তনি লৈনুংদগী [সিম্মস্],
নিশা থক্লবা পাত্র, মী হাৎনবা খুৎশু-খুৎলাই
নাউফম য়োম্বা ফদি-ফাবা,
থা শুখিদ্রবা নাবাগী শব্দ-শয়াং অনৌবা।

অতিয়া গুরু শিদবা, নোংদা লাইবেন পাখঙবা
ফংলবোই খঙবনিনা—
খন্না-খোইবী, পুবেন্না— মখোয়বু নত্তে থিবক্কদবা,
নহাকপুনি    ঐখোয়বুনি, নখোয়বুনি .    ॥
শুক্র-মন্নবা অহীং অমদা
নোংমা খঙহৌদনা মীৎকপ থোবক্লবা প্রজাশিং
চাক-ঙা, চাক-ঙা লাউবকই—
গ্রহ ময়াম পুন্ননি কলি যুগ হৌবনি।
শিবা কিজৈ শিকম-নাকন্নবা প্রজা পুন্না
কদাইদগী গ্রহনো, কলি যুগ কবিনো
মেন-মান ইতা তাদনা   ॥
অহাঙবা সুন্দা তাউবা পুক্নিনি,
অপঙ-অশিং খেন্নবা থমদনা লেঞ্জবা
অচম্বা লমচৎ-শাজৎনি,
অবানবা, ওইদবা কযা অমা লৈবসু
খঙন-খঙনা, উনা-উনা
হৌনমাল্লে খন্দোকপা থম্মোইনি।

(৭)

## বসন্তনা য়ৌরক্লিঙৈ

প্রকৃতি অসি থা শুদুনা কংলে মবৃক
থাবুম শুবে বসন্তদা   ।
মবোল-মবাং তাক্লবা ওক্তবা অঙাওবনা
চহী লিববী বেস্যাদুগী নৈথৎপিববা থবাক্তা
হন্ন-হন্না চুন্নগুম,
মীৎকুপ খবা ৱাৎচবিবা মপুং-মবৈ ফাজত্রিবা
হৈজিংগী শাবেপ ৱাৎচবিবা

অশংবা উহৈ্ মচা
খুবাম অনীনা শাফু কন্না চপখাইদুনা
মহী শুমথবি অহাউবগী, নুংশিবগী।

(৮)

# অহীংগী শহর

নুমিৎ তাবমদাই নোংমা
অমম-অঙান শিন্নবদা
প্রকৃতিনা চপ লেপ্লি অশিবগুম
খোঙচৎ ঙাইনবি মথং মীৎকৃপকী।
ভৌবোক ভৌবম্বা থাজগী মায়খোঙ
অমুবা মায়খুম্মা কৃপশিনখি,
য়োত্তগী হেন্না লৃন্নবা অহীংনা
খঙহৌদনা তাবকই মালেমদা অমম্বা আকান্তগী
মখোঙ শোনবা য়ূম-কৈ, ফৃবা-দলান কয়াদা
নমথবকই লৃম্না অহীং লাইবেম্বীনা ।
অসুক মমত্নবা অহীংগী অকোয়বদা
কদায়দগীনো থোবক্লি শকগী মখোল
শহব অনীগী মবেঙবান তক্লবদা
হকচাং অনী শম্নবদা ।
পীক থল্লি অমম্বা কানুং,
মশেন-মবাং অমুবা মচুনা
তথক্লা য়েংনবি মীৎচি খৎনবি কাচিন-কোয়াদা।

(৯)

## লম্লানবা অনী

[ঙসিগী] অতিয়া মকোয়দা ঙাল্লিবা থাজনা
মঙ মঙলি ইতন-তন্না শক ফজবী নুপীগুম,
অমোনবা লৈচিল’ মকমদা অশংবা গালিচা মথক্তা।
ঈপোম নাইনা ঈথক হৌবিবা থবাক
নাম্থবি তপ্লা অঙৌবা মঙাল অদুনা,
উইশিল্লি মীৎপান অনী অঙৌবা পাম্বোম মোনখাঙনদুনা
অহীংগী অমোৎপা পক্লবা অমুবা লৈচিল মাইয়োক্লনা
তপ্লা ৱাম্থবি থাজনা, শিথবি তপ্লা-তপ্লা ।
মপাঙ য়াওদ্রবা মীওই অমনা
শিথবি অমম্বদা তপ্লা-তপ্লা
খোইশাওনবি লমদম লাপ্লা লৈহৌবিবী মহাকপু।
লোইবমদাই পূল্লিগী অহৌবা মীৎকূপ খবসিদা
সেবা তৌবি শকখঙদবী থাবলনা
মহুৎ শিঞ্জবি য়ূমগী মৌ শাবদুনা।
নকশিন্নবি মখোয় অনী, চান্নবা উৎনবি অমনা অমদা
নুংশিনবি শকখঙনবকপা শাবী-শানৌগুম
লৈপুন শেল্লি মীৎকূপ খবদংগী,
য়েংনবি নুংশিনা, অমনা অমদা য়েংনবি।

(১০)

## করেম্নরি মতম্না।

য়েংঙু, নুংশিবী নহাক
ঈশিং মচুগী লমদম অসিদা
ফিঙৌ শেৎপী মুল্লিম ওক্তবীগুম

থৱাশ্নিচাক শঙ্গু-শঙ্গুনা ননাক্তা ৱাঙ্খবিবা।
উগ্ৰববা নহাক—
নুংশিনবা শাবী-শানৌ কয়ানা
মৈ হৌববা অমোনবা তেবা মোঙ্খক্তা
য়েংনখিবা অবোনবা মীৎয়েং, চোকথববা হুকচাং,
অচোৎপা লৈবাক্কুম ঈংলবা কাঙলপ তৌবা চীনবান?
অকংবা নাপীগী মখাদা কন্নাসু উদ্ৰবা মফমদা
লোম্না নুংশিনবিবা লিলহা লাবা-অমোমসে?
লাকখিগদ্ৰা ঙসিসু—
অৱাউবা নাপুগী মায়খুম মকমদা মম াংঙৈগুম
অহীংগী নোংয়াই মমৈদা
মতম কুইনা মাঙলুববা নহাক্কী নুংশিবগী
অঙ্গংবা চীনবান অমুক্তং চূপচনবা?

(১১)

## চিত্ৰকার

নুপী ওইবীগী পূক্লুংদা
নোংম-নোংমা চাউবকপা ঈ মতৃমগী থৱাইনা
মপূং-মবৈ ফাবকপা,
পূল্নি অমা শেম্নি চাবা থকপা কাউদুনা
অঙৌবা চেদিং মথক্তা
মপূং-মবৈ ফাননবা
'ৱাখলগী সংসাব অমা' লাই য়েকপা চিত্ৰকাবনা

*

(১২)

## লোইশিনখিদ্রবা

ঐগী মাঙদা লেপ্লম্বদাই?
মাইখুমফি হাইদোক্তুনা মোমোন্নবা মাইথোঙনা
ঐবু শেন্নবা য়েংখিবা।
পেন্নাইদ্রবা তুবিসিনা মচু কয়াগী মহীদা
মবেপ থূম্না লূপ্লগা য়েকপা হৌত্রবা নঙগী শক্তম
কালেন থাগী অথোংপা মাশা পানবা খোইমুগুম
ঐগী নীক্লবা খূৎশানা নুংশিবগী ঈথৌ লাংলবদা
নাম্থবি নহাক্কী অকূৎপা নাপোমগী চীংয়া অমদা।

(১৩)

## মরীক অমত্তং

সনাগী তাঙবল মথক্তা [ফন্নগা]
বাসাবগী লল্লোনবা অমনা
থীক-থীক নোকই লোইনবীবু কোনশিন্দুনা
কংলবা মবেক থাংদ্রবা চীনবান্দা।
 শিথবা নৈতে ৱাখলদি
মচা-মশূ পাম্বনা মৈ হৌববা থম্মোই
লোইনবীগী নুংশিবনা কুমগী নোংগুম চাইথবি
মপোক হৌববা হকচাং মথক্তা।
 শিবমদাই লাইনীং পবৈ চেৎপগুম
অহল ওইববা চীনবান্দা শোল্লি লল্লোনবগী মন্ত্র
ভাবত, কাবুল, আফগানিষ্টান ।
 অমোনবা শা-মতুগী মথক্তা [হীপ্লগা]

থন্না চোল্লবা মবল-মথুম থৌশাদনা
লোইনবীনা ঈবাং হৌবক্লি নৌহৌনা
মিকাবি নহা ওইবগী নুংশিববু ঃ
— পাক্লবা লমদম অমদা
সাহাবাগুম কংলবা শীঙেল-লৈবাং শাৎত্রবা
কুমগী নোং খীক্লবা খুইথববা লৈবাংনি ঐহাক্তি,
আঃ লাইবেম্বী সনাগী হৈতৃপ ফংলবদা
পীখিবা নুংশি খূদোল কাউববা— ?
নীংখাইববা তোর্বান্দা মীৎচান্নখিবা
মপুবোইবদগী লাপ্পা চেনখ্রবী
নুংশি মশুংলাংগীনি শিবা কিদনা লোৎখিবা।
তাকপিয়ু, অপান্বা কবিনো লাইবেম্বী
কৎচগে সনাগী লৃহূপ চামা—
অদুবু কদায় মহুত্তি, নুংশিবা, অপান্বা
‘বসন্তগী ঙাংলৈনবা গুলাপ অমত্তং
কুমগী নোংলীক অমত্তং ’।

*

(১৪)

## ঐগী হেলেন

চীক্লবা কানুং’ ময়াইসিদা
মনম অতৈবু থৈদোক্তুনা হুন্নক্লি
তপ্পা ঈংনা লিবি-লিবি
নহাক্কী নুংশিবা হকচাং মনমদুতং।
অমোনবা ৱাহোং মতুগী মথক্তা
মোনখাঙনবিবা ঐগী মাইথোঙ—
হেন্না মোনবা নহাক্কী খূৎশানা
তুলসী মনম চেলহন্দুনা নাম্বুবি

ঐগী হকচাং' অকোয়বদা-।
শিবগী শন্নক্তা ৱা-ৱা চেম্বিবা
গঙ্গাগী অৱবা লাইজগুম ঈংনা চোংলবা
কাংলপ তৌবা নহাক্কী চীনবান্না
হন্ন-হন্না চুপ্লিবি পণ্ডথববা ঐগী থম্মোইবু।
শিথকবা থম্মোইগী পামেল উজাউ
ময়োল চোংহন্নবা মোমোন্ননা কোনশিনবী
লুম্বু শাববা পামেলনা ময়োল অমুক চোংলকপা
ফাওবকখি ঐগী থম্মোইদা পোকপা-শিবা অনীগী
চয়েংনবম্বা ৱাখলগী সংসাব অমা,
আঃ হেলেন ঐগী হেলেন ।
পেন্নাইদ্রবা নহাক্কী সেবাদা
ঐবু মতম ৱবা পোথাহল্লন্নগা চোকথবমাল্লে নহাক্তি
ঈংনা তূমখূল হনস্রে থৱাই য়াওদবগুম ইনাক্তা।

*

(১৫)

## নঙবু য়েংলি নুমিৎনা

পাক্লবা অতিয়া মকোয়গী নুমিৎনা
নোকমি-নোকমি মোমোন্নবগা
মমীৎ কৃপ্তুনা য়েংলি নহাক্কী ফজবা হকচাংদু।
অনোয়বা নহাক্কী থবাক্তা
সনা মচুগী কোবৌ মগুালনা
মবেপ থূম্না লূপ্পবা লাই-য়েকপগী তুবিগুম
খূৎ ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা নাম্বুবি তপ্না ।
ননাক্তা হৌবিবা শীংনাং পবেং,
হকচাংদুবু কল্লক্তুনা মখোয়গী শাংলবা মমিনা
তপ্না লান্নি ঈমায় থক্কী লাইজদা ।

(১৬)

## মোংফম

ইয়াং য়াংলে ঙসি ঐগী চয়েৎনবম্বা ব্রাখল
পেন্নবা শীঙ্খ্রে মীংকী পিবাংসু
চোকথববা ঐগী থম্মোইনা ।
হৌখ্রবা মতম অমগী নুংশিবা
[অব্রা-নুংঙাই পূম্বনা]
মীত্রংগুম শম্মুনা য়েৎশিনখি মবী-মবী
মবূক তোঙলবা থম্মোইগী লংচাক্তা
অকনবা মুগা মশিং পবেংগুম।
কনাদা ব্রাকৎকনি অমুক ফংননবা
থিবদা মাঙখ্রবা থম্মোইগী অপাম-নুংশি [লৈবম্বা]?
হে! লোম্বোক্রবা প্রকৃতি, তাহৌববা নহাক
ঐগী থম্মোইনা হংজখিবা নুংশি ব্রাহং কয়া?
নহাক্তি থব্রাই পান্দবী, শক্লাইদবীনি।
ইপুবোইবনা লাইজ মবীক্তং খীকপদা
মাঙখিনি পূম্নমক খঙহৌদনা
মৈগী চীংগুম চাক্লম্বা থম্মোইনুংগী মৈশাসে
কংখিনি পিবাংসু লৈতঙ্গায় ওল্লবা তোর্ব্বান্দা।
শীঙ্খবোই পিবাং মতমদুদা
চাক্লবোই থম্মোই মৈশাসু—
শগোল তোংবা লাম্মীনা ঈপাউ তম্বা লাকপদা
'ইনিংথৌ নোঙ্গাবে, ভক্ত অমসু লৈখিদ্রে'।
নুংশিবা মশক খঙজদ্রিবা
চৎসনু কাঙবুশিং নুংঙৌ হৎপা ফূবাদা
মুক্তা থিনবা মোংফমদা ।
অদুবু ঐহাক্তি,
অচাইবা শল্লাং খোমগত্তনা

লৈঙোইথক্কী মোংফমদা
হিংখিনি ইপুবোইবগী থৱাই কৌদুনা।

*

(১৭)

## নীংশিংঙু অমুক্তং

নেৎথংকনু ঈথক্তা,
নখোয়গীদমক্তি ঐনা থম্মোই কায়খিবা,
নুংশিববা পূক্তিনা লোমখিবা।
কাবুল তোর্ব্বান্দগী লাকপনা
খোঙ্গূল পবেং তামহৌববা, হায়য়ু পেন্দ্রিববা?
নোকমি মোমোন্নব' খুৎশম্নদুনা
লমদম শীনবা থুংলুবগা
উকম লাংবা অচীকপা মফমসিদা
পোত্থাফম থিবক্লিবা কবিগীনো?
[ইকায়দুনা ঙাংশিল্লবা মাইথোঙ
পাঙথোকপা ঙমদ্রবা মীৎস্রা অনী]
মীৎকূপ অমত্তং কাউননবা নুংশি হৈত্রেবা খুৎশাদুনা
থৎপিনু মিতাজবিবা লৈবাংসে,
মূৎপা ঙমদনা মৈ হৌনা চাক্লিবা
থম্মোইগী লাম্মৈ অঙাওবা
ঈংথনবা খীক্লিবনি লৈকাদগী তাবকপা লীক্লানা।
নখোয়দি খঙলবোই,
মতম'মা ঐনা ৱাজখিবা—
য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চনশ্রবা শিথববা থৱাই অসিনা
অমস্রা মবক্তা,
পূক্তিবু কয়া' নুংশিবকখিবা।

পেন্নবা য়েংলম্মু ইথকসিদা,
অদুগা নীংশিংঙু [হে নহাবোল],
মফমসিদা নোংমা শোয়দনা
হীপ্পখিনি নখোয়সু ঐগী ইনাক্তা।

*

(১৮)

## কনাগুম্বী অমদা

শাউববা অতিয়া
মনম মাঙত্রবা থবাম্মিচাক
কপ্লম্বা পৃথিবী মহাক্তা তেংথামিন্নবি।
[অসিগুম্বা],
তৌহৈদ্রবা প্রকৃতিগী পুংলোন্দা
খোঙদাবকই লম্লানবী মহাকসু।
        লায়থুং চেন্নবী নুজানা
লৈখোম মনুংদা কৃন্নগা শীংনাং চবোৎ হাইদোকপা
মীৎ কৃপ্তুনা য়েংজখি—
মঙক শাংলবা কাংঙানা
মহাক্কী অমোমগা ঈশিং মনুংদা নুংশিন্নবা ।
        অমুবা লৈচিলনা কৈশুম-শঙ ওনবদা
পাক্লবা নুমিৎলৈগী মাইথোঙসু
মশাদা ঙাদুনা লৃকথবা,
        মবুক লান্নবা খোইমুনা
লৈখোঙ শঙদুনা ঙাইবকপা
ঐসু উখি মহাকসু উখি।
        কোয়চেন চেল্লি শা-ঙা
মীহাৎপা কয়া ওক্তবা কয়ানি,

পাঙ্গল শোনবী মহাকপু
থম্মোই অমা নুংশিরুবা
হাংকদৌরি মবাল লৈবে খন্দুনা
ঐনা উখি— মহাকপু হাংপা।

*

(১৯)

## পিরাংলক্তা

থম্মোইদা অশাওবা পোক্তনা
নুংশিনা ফৃখিনি নহাকপু হন্ন-হন্না
মোজেসনা সিনাইগী নুঙমাইদা য়ৈবগুম।।
মতম'মা থোৎলবা নহাক্কী মীৎপান্দগী
সাহাবাগুম কংলবা ঐগী থম্মোইদা
পিবাং মবীক খীকখিবা
ঙসিসু শীঙ্খবি নহাক্কী মীৎপান্দা
অৱা-মৈচাক্কী পিবাংসে ।
নুংশিবনা থল্লবা ঐগী ৱাখলনা,
নহাক্কী য়াক্লবা পিবাংলক্তা
মবূক তপ্লবা হিনাউ মচাগুম
জগোই শাবনি নোমহৌ-নোমহৌ।
[অদুবু] ঐগী থম্মোইদদি
হীক্লা কপ্পা নহাক্কী মীববা খোঞ্জেলনা
শাদানবগী চৈফৃগুম লেপ্পা লৈতনা য়ৈববি ঙসিসু।

*

(২০)

## লৈখা তারবী

উবে ঐহাক্না—
লৈখা তাববী শতাব্দীগী নিঙোল,
মাঙদা খাল্লিবা শকয়েং মিংশেলনা
উংলি, মশীং থীঙমদ্রবা দাগফম কয়া
খুইথববা উনশাদা--
চহী কয়াগী দাগফম ।

*

(২১)

## ত্রোনক্যুলিতি

নহাক্কী কোন্নবা শমজীদগী তাহৌববা
চীংগী গুলাপ অমনা
মায়কৈ শীনবা থুংনা
নুংশিবা মনম য়েল্লক্লি।
নুমিৎ, থা, থবান্মিচাক্কী
শাংলবা খোঙচৎ লেপহন্নবা
ঐগী পাঙ্গল লৈত্র'সু
নীংশিংবগী নুংঙাইবা অদুতংদি
লৈহৌসনু থম্মোইদা ।

১২ মে, ১৯৭৯

*

(২২)

## ভিজ্ঞন

ঋাখল' লংজীন মাঙখ্রবা অঙাওবনা
কিনা-কিনা য়েংলি অকোয়বদা।
মহাকপু নমথাক তৌবন্নবা অঙাওবীগী
লৈনাগুম থোৎলবা অচোৎপা
চীনবানগী অখূবা নাকচীদা
অঙাওবনা উই ঃ
নুপা কয়ানা ঋাম্বুবা,
মবূক লাম্বনা কপ্লবা অঙাংগী
খূৎশেম য়াওদ্রবা অঋাবা—
ময়োল চোংবা ঙমহৌদ্রবা
কংশিল্লবা উহৈ ময়াম অমা ।

*

(২৩)

## কৃষ্ণচূড়াগী মপাল

ঋাহোং মতুগী চূড়া অমা
মচা-ইবেম্মগী ফমুং'থক্তা
লৈবম্মী হায়নৈ মীয়ামদা।

মবায় চাইথববা লৈবাকসিগী
কৃষ্ণগী মকূবোক, রাধীকাগী মনেম্বোক
ঙাম্থোইবি সিংহাসন মথক্তা।

উই, মীৎনহা অনী অথৌবনা

লোংনা য়াতাবিবী মচা-ইবেম্মা
তপ্পা নাম্লিবা বাহোং মতুগী চুড়ানা।

লৈহাও ফবা লৈকোলগী
মবাক-ময়ুংদা শাৎকাইবি
কৃষ্ণচুড়াগী অঙাংবা মপাল।

য়োমশিল্লিবা আপ্রাজিত্তা
ময়াই চবুক্তা চেম্বুবি তপ্পা
মবুক তপ্পবা খোংগী লাইজনা।

(২৪)

## বিচূব্রল

তপ্পা শীৎখি নুংশিত্তু
মায়কৈ কদোমদনো খঙহৌদে।
লেঙ-লেঙ চৎপা হৌবকই অপীকপা শা ময়াম্মা।
অঙোৎ মহৈ চাবগা হিংবা
মী মানবা শা'য়াম্মা খঙনবা হোৎনদে,
ঈহিং নম্বা কবম্বা ঋতুগী মালংবনো।
মমীৎ নামা কোৎথোকখ্রবা
হিংবগী কান্নবা লৈত্রবা [হিংবদি পামজবিবা]
হন মানবা শা মচানা
থবো-থবো ওল্লি নমথীবা মবক্তা।
মখাঙ চেংবা শক য়াওদবা
ইয়াম্বা শা-নিংথৌনা,
মচু শঙলবদা অঙাংবা মচুনা
মচু শঙভি লেঙ-লেঙ চৎপা হনশিং।
য়াবীনা অমোৎপা চূপ্লিবা

উনশা নাববী অমোম্না
লেঙ-লেঙ চৎলি অমাং-অশোই মবক্তা।
খুনগী শা ইচেম ইবেম্মনা,
থবাক খুইববদা চহীনা, থবাক খুইবে
লেঙ-লেঙ চৎপা হন-নুবাশিং ।

(২৫)

## প্যোরাসাইট

উদববা, হে শেংলবা মন্দিব,
নহাক্কী অকোয়বদা হৌবিবা মনা পূংলবা
হৈবাং লৈবাংনা তপবনগুম নীংথিববা
উপালশিংগী ফৈবাথক্তা তোংলগা
ৱাহোং লাবা-অমোম নুংশি চীল্লোক্লবিবা?
অমম্বদা চৎপা ভক্তশিংনা
শক-শোন্নবি নহাক্কী নগুণবু,
লানফমগী সিংহনাদ, মোইবুংগী অনীনবা
খোঞ্জেলদুগী ময়াইদা শোন্নবি নহাক্কী মিংলেন
উবমগনি নহাক্তি শোযদনা
মঙলাক্লববা ভক্তশিংগী লাম্মীনা মচোই-মচোই
উকম থিদুনা পোত্থাবিবা
লশ্নীগী চিদাই চিদাইদা ।
পীক্লিবা অঙাংগী খোঙ্গূলনা
নহাক্কী অকোযবদা মমি পবেং তাবি,
লৈবাংগী নমুনা শেম্বগুম,
অয়াকপা খোঞ্জেলনা শিথবকপদা
থোবকই মীববা সুব অমা
অমোনবা তিংথৌ' মথক্তা
আর্তিগী অনীনবা খোঞ্জেল মবক্তা ।

শকহেনবী চনুবা কয়ানা,
মুগা মশিংগী ফনেক থোন,
অপাবা নমগী ইন্নফি ইন
থোংলবা খূৎশাদগী হৈথবকপা
লৈবাং পবেং, নাচোম পবেং
লৌশিল্লু নহাক্কীনি থৌজাল মবীক পীবিনবা।
হেঃ থৱাই য়াওদ্রবা মন্দিব,
নহাক্কী খোঙয়াদা তাবিবা মচোই-মচোই
মমল নাইদ্রবা, ভক্ত কয়াগী দানশিং
লাইনীংবী কয়াগী লৈবাং খূজোক
খেন্নবা থমদনা লৌশিনবিয়ু।

*

(২৬)

## যেক্লবা

লমন খুন্না ঙমহৌদ্রবা অহীংগী প্রজানা
খূৎনা লাম্বা ফংদ্রবা অহাঙবা অতিয়া মকোয়দা
তমথীববা শাজৎ উত্তুনা খা-চীক্লগা ৱাশক্লি।
মখোয়বু যেংলগা—
লৈচিল মকমদা অবোৎ-অফোং শান্নবিবা
লাই ময়াম্না যোক্কাব তিন শীৎথবি।
উনশা খুইদুনা মমীৎ কূৎলবী থাজ
অঙৌবা য়াতোন উৎলগা
কবেম্নবি লৈখা তাববা মখোযবু ।
নীংবা কায়ববা অহীংগী প্রজানা
অৱাউবা লম্বীথক্কী উফূল মবক্তা
মাইকৈ মাঙক্রবা লাম্মী তেঙ্গোলগুম
শাবা-শন্না চেন্নবি।

*

(২৭)

## খোঙথাং

পাঙ্গল য়াওদ্রবা মীৎপানগী পা অমদা
ঙাথবকখি নোংমা নহাক্না
ৱাববা হকচাংদগী থোবকপা
নাহেবগী মতৎ-মতৎপা ৱাহৈগা।
কোয়না য়েংলিবা মীৎনহা অনীগী
মযাই চবৃক্তা,
মপাং কনা য়াওদ্রবা নহাক্না
য়েল্লকখি ঐগী তুখোঙ থেংনা
লৈচিলগী নুংশিববা মনম, থাবলগী মেঙলবা মঙাল।
থোৎলবা নহাক্কী চীনবান্না নুংশি খূদম উৎলকপা
লোইশিনখিনু, অবোৎ-অফোংগী মীৎকৃপ অদু,
নহাক য়ৌবক্লনি খঙনা খঙনা
খোঙচৎ কায়ববা পূক্নি লম্বেলসিদা
তাবক্লি তান-কায়ববা নহাক্কী খোঙথাং ।

*

(২৮)

## নুংশিবা

নুমিৎ' মঙালনা শোক্লবা
মন্নবা কাদূগী ময়াইদা
অমুবা নঙগী শন্নাংনা
ঈবং লংঙি চূমথাং মচুগুম।
লিলহা অমোমগী শাংলবা মমৈনা
জগোই শাবদুনা কোনশিনখিবা

নীংশিংলুদ্রে মীৎকুপ্তু,
কুক-কুক য়েৎশিনম্ৰবা হকচাংদা
ফাওবকখি নুংশিববা মনম অমা।
নঙগী অবাওবা মীৎপান্দা হৌবিবা
থৱাই পানবা তুহাউদুনা
হাইদোবকখি তপ্না নুংশিবগী থোঙ্গাল অমা,
শুমহৎখি হকচাং নীক্তুনা
পঙথখি লৃ-তোঙ অপৃম্বা।
  নুংশিবগী থোঙ্গাল ৱাংমদা য়েংলম্বা
থৌববা নহাক্কী মীৎনহা অনীনা
ওলহনখি ঐবু থম্মোই পান্দবা নুঙগী মৃত্তি ॥

*

(২৯)

## ৱাখল' লংদাই

মহাক লাকখিনি–
পৃক্নিগী অবোইবা নুমিৎকী
অকক্লবা পৃংফম অমদা
লঙজখিবা পাপ শেংদোক্লবা।
  ৱাহে অনীদনি– "ঐহাক লানখ্রে",
চামথোকখিনি মসিনা, মাঙহনখিনি
পাপ কয়া মক ফৃক্তুনা অবাক্লদা॥
মঙম শান্দ্রবা ৱাখলসিনা
থাজদে ইশাগী ৱাহৈ অমত্তা,
মশক উঙমদ্রবা কৃপ্লবা লংলাগী
অবোইবা মতোনগা শম্নবদা মৃৎখিনি
লৈবম্বা ইতিহাসকী অৰ্থ 'পৃম্বা–
ঐনা হিংলম্বা, ঐগী থৱাই, ঐগী নুংশিবা ॥

য়ুথক চামা হেন্না ৱাংলবা
মাশা পানবা ঐগী ৱাখলসিনা
মীওইবগী লূ-তোঙ' চঙলুবগা—
অৱাবা ৱাখল থাদোক্তুনা
লাওনা ফাত্তোক্লবা শুকংদগী
চেন্থৎলক্লনি "সংসাবগী পাক্লবা ৱাখল ঈচাউদা"।
মীৎয়েং ৱাংমদা লৈত্রবী মহাক্তা ঐবু থাদোকপা
[ঐনা উই]
থাদোকপা-লৌশিনবগী অকৃপ্পা লংদাই অদু।
শিবা নাইদ্রবা ৱাখলসিনা
থোবকখিনি মোংফমদগীঃ
উফূল ওনত্রবা হকচাং পোলাংদগী।
মোংফম মথক্তা লেপ্লিবী মহাক্কী
পোকপদগী ওসি ফাওবা খল্লক্লিবা
অতেনবা, শম্নদবা ৱাখল পবীংশিং
[ঐগী], মপাল শাববা খৃজিন্না
পথাপ থাদুনা ওনগনি ॥

[২৮, সেপ্তেম্বর, ১৯৭৯]

## অনীশুবা শকক
## [জনুৱারী-২০০২]

(১)

### গুলাপ

থেংনবি নাম্লদা নুপী ওইবীশিংনা
থেংনবি শমজীদা চনুবা নূ-হেনবী কয়ানাঃ
কংনবি ঈশ্বরগী পূজাদা, ধর্ম্ম-কর্ম্মদা
অদুনা, শাংচবগী লৈবাংসিমদি তশেংনা ফংলবনি
ভক্তগী প্রেম, ঈশ্বরগী নুংশিবা থৌজাল।
গুলাপকী য়েক্লবা লৈতববা?
মহাক্কী অথূম্বা থম্মোইগী লৈবীক্তা লোত্তুনা
অবেপ্পা লৈতনা চূপ্লিবা হে' অশংবা তীন,
মহাক অসিনি গুলাপকী অবোনবা নুংশিবদি।

৭।১।২০০২

(২)

## নহাক

নহাকসি ঐগীদি পৃথিবীদা ফাওখিবী
মহাবাণী কয়া, লাইনীংবী কয়া
মশক ফজবদা নোংথাওগুম ঙানখিবী
পৃকচেল তপ্পদা অনাবকালিগুম—
মখোয়দগী কবিসু হস্থদবোই নীংঙি।
অদুবু ঈশ্বরগী ব্রায়েন মতুং ইন্নদি
থরাই অসিনা নহাকপু থাদোক্লমদুনা
চৎপা তাবে অশিথেন লৈবাক্তা,
ঙাইবমখিনি শোয়দনা মথংগী মপোক্তা
নহাক্তা অমুক্তং নুংশি মোমোন্নদুনা
খূৎ শম্নবগা চৎমিন্ননবা ঈশ্বরগী অমম্বা লৈবাক্তুদা॥

(৩)

## ঐগী সুলটান

ঐহাক শিবিলমক্তি নত্তে,
মশীং থীঙমদনা চহী য়াম্লবসু॥
তগৎ-তগৎ তেক্লম্বা উনশা
খূইথবে, কংলে মবেক-মহাও য়াওদবনা
লৈহাউ মচুগী ফজবা ঙাংলৈননা মীৎ থক্লম্বা,
মাঙস্ত্রে, চৎথ্রমাল্লে মখোয়গী মতম লোইবদুনা—॥
নীংদূ থেংলম্বা অমুবা শন্নাংনা
চীংদোন্দগী ঈশিং চাইবীগুম ঈপোম নাইনা চেম্থবম্বা

খুৎশেম য়াওদনা লৈনম চেনবা অমুবা শন্নাং
আঃ মাঙম্রে ঙসিদি—
কেনম্রে গুলাপকুম লৈহাও ফবম্বা কোক্রেন্দগী॥
তুমতক তৌবা অঙাংবা মচু শঙখিদ্রবা খৃজিন
বিদায় পীবম্লে লোইনমক ॥
অদুবু ঐগী থম্মোইনদি—
চহীবু শীংনদুনা, উশিংপা পোক্তনা মতম্মু
ঙাইবি নহাক,
হন্দক্কী মপোক্তা, লাইবক্তা নম্বা ফংহৌদ্রবসু খৃয়াগী উফূল,
মথংগী মপোক্তা অমুক্তং থেংনজবা,
নংত্রগনা, অমুক মথংগী মপোক্তা।
কবিগুম্বা মীওইবগী আত্মানা
অশিবা হায়বদু লৈতে হায়বনিনা
ঐগী আত্মানা ঙাইখিনি নহাকপু॥
নুংশিনা কোঞ্জবগা থোৎলবা নহাক্কী চীনবান থেংদুনা
শোনখিনি অবোইবা ওইনা—
‘ঙসিসু নুংশিবি নহাকপু অহল ওইববা থম্মোইসিনা
হে! ঐগী মাহা সুলটান সাহিবা’।

*

(৪)

## চৎখ্রবা ঐগী সাহিবা

খাঙজবকপনি ঐহাক
শাববা কালেনগী মৈশা ’বক্তা
লম্বীগী উফূলনা য়োম্লবা
ইমম মমখ্রবা মীৎনহা অনী উইশিন্দুনা ঃ
মচু ওন্দুনা কেম্লে ঐগী হকচাং কায়াৎশিং।

ঙাইজবকপনি, নোংমদি শোয়দনা
নিংথম-বসন্ত অনীনা ঐবু তবাম্না ওকপিবকখিনি
হোংলখিনি ফীজোলসু অশংবা মচুগী
শাংলখিনি লৈবাং চবোং কয়া অমা
খূৎ-শা অপূম্বা বসন্তগী ফজবনা
লৈতেং ওইদুনা মোমোন্নবকখিনি ।।
অদুবু আঃ ঐগী ইনাকমক্তা লেপ্তুনা
ঐবু খূৎশম্নুনা পুবিগনি রাশল্লম্বা
ঐগী সাহিবা উপালদি
কনাদসু তাক্লমদনা, ইকং কংনা মাশা-মবেং তেক্লবা
ময়োল চোংবা ঙল্লবোই মতাগুম
অশিবা উপাল ওইনা বিদায় পীবল্লে ঐঙোন্দাঃ
চৎখ্রে ঐগী সাহিবা।।

*

## (৫)

## 'অনৌবা যুগকী মহামদ সালিম'

মহাক্কী থম্মোইনা,
অকিবা পোকখিদে, উশিংখিদে, থৌশাকদে আকবববু
অদুবু অবোইবদা উৎলম্মী মশা নাল্লবা ব্যবহার অমদি
রা ঙাঙদনা, কোক নোল্লুক্তনা, মীৎচীনা হন্না য়েংলমদনা
চৎখিবনি মতুং ওম্মোক্তুনা অমম্বা শুকংগী শাংলবা লম্বীদা
সালিমগী রাখলনা মাঙওইননা
থম্মোইদা চেৎনা নুংশিবা মাবু নীংজদুনা।।
হৌব্রবা মতম্লি, চহী-চা কয়াগী মমাঙদা
শান্নব্রবা নুংশিবগী লীলানি— ।।
ঙসিগী নিংথৌগী যুবাংফম কাদা,
যুবাংলিবা ডিস্কো ডান্স শান্নফম,

নিয়ু য়্যার নুমিত্তা পীনবিবা খূদোল,
শকহেনবী কয়াগী ঈশৈ মতেক্কী সুবশিং
নিংথৌনা হায়বদা ফনেক হেক্তা শেমজবী
লমদমগী চনুবাশিং
মখোয়গী সালিম ওইবা ঙমগদ্রা
রাজকুমাব কাঙবুগী মচা-মশূনা?
মুস্লিমগী, চীংমীগী নৎত্রগা মৈতৈ নিংথৌ মচানা
থৌনা ফনা, মবীল উৎতুনা আনাবকালি মাবু
মীয়াম মমাংদা নুংশি হায়বা ঙমগদ্রা?
নত্তে খেন্নবে,—
ঙসিগী নিংথৌ মচাশিংনা
আনাবকালিগী নুংশিবদা লৌনম তৌই, ইজ্জৎ মাঙহাল্লে,
অবোইবদা মথ্বায় থাহল্লি,
ঈহিং শাববা নুজাগী থম্মোইবু
খোঙ্গাওনবী মতম'সিগী সালিম কয়ানা ॥

(৬)

## কেনভাস

ঐগী লাই য়েকফম কাদনি—
নুতিগী লাকই সন্ধ্যারাইবম লাই য়েকফম কাদা।
অমুক নোকহল্লি, অমুক শাউহল্লি,
অকবা রাখল-চিন্তা তৌহল্লি,
নুংশিবা, ঈথৌ লাংবা, মতম কুইনা ঙাইজবগী লাঙতক্লবা।
ঐনা য়েক্লি, হকচাং কায়াৎ য়াওদবা মাইথোঙ অমত্তং
মহাক্কী মোমোন্নবা মাইথোঙ,
থাঙ্গৎপদা অবাস্থা ফাওবা,
শাংলবা, অমুবা শম্লাং চবুন্না

কোয়চাই চাইনা মাইথোঙ তম্খায় খুমহল্লি।
          হৌখি মতম তপ্ন-তপ্না
অসুম-অসুম চেনখি অবেপ্পা লৈতনা,
ঐগী 'মাইথোঙ' দি ঙসিসু লোইশিনবা নাইদ্রি
মহাক য়াওদ্রবদি ঙমদে মখা চত্থবসুঃ
লাকখিবা মবৈত্রে অমুক হন্না
ঐগী অমম্বা লাই য়েকক্ষম কাদুদা॥
          অয়ূক অঙনবা অমা,
অকনবা রাশক থম্মোইদা থম্লগা খনখি লোইশিল্লগে,
মহাক য়াওদ্রবসু ঙসিদি মতম কুইববা মাইথোঙসে॥
          কেনভাস মনাক্তা নীংথিনা লৈবন্না
অঙৌবা চেখাউ অমা ঐগী ইমিং থাদুনা,
শোম্থখি থম্মোই খঙহৌদনা
কায়খি আশা পৃম্বা, ইমম মমশিনখি পৃক্সি॥
          মীৎকৃগুনি ঐনা চিংখিবা
অচৌবা তুবি অমা অমুবা মচুদা
মহী থূম্মা লূপ্পগা অবোইবা ওইনা
মূৎথৎখি মাঙখিনবা কেনভাসতগী
পাঙহৌদ্রবা থম্মোইসিদগী তিলহনখি
মহাক্কী মাইথোঙ অমম্বা মবক্তা ॥

*

(৭)

## ঐগী গুলাপ

ঐহাক্কী লৈজবা হায়ববু
য়ূমগী অকোয়বা থুংনবা
ফৃগাইনা শাৎলি মচু কয়াগী গুলাপ,
অঙাংবা, অশংবা, হীগোক, নাপু কয়ানি।

অয়ূক খূদিং, নুমিদাং খূদিং
ৱাবী শান্নে মখোয়গা,
মখোয়নসু লীবি ঐঙোন্দা নুংশিবগী ৱাবী কয়া'মা।
ঙবাং অহীং পোমশাৎনরম্বা গুলাপ
ঐনা চাইবিবি মখোঙ চঙদুনা ঈশিং খূজোক অমত্তং,
মীৎকৃগুনি, ঈবাং হৌবকখিবা থম্মোইদা
তপ্পা পোল্লম্বা অঙাংবা গুলাপকী লৈনাশিং
য়েংজবো মতাগুম ঐগী মীৎমাঙদা
অমমমতা ওইনা হাইদোবকই লৈনাশিং
নুমিৎকী মঙালবু শীংনদুনা ॥

(৮)

## লৈহৌরবী

লান মনুংদনি—
খোঞ্জেল হৌনা লাউবকই
'ইতাকুয়েৎ ফোবেনর্স লমসিদগী'॥
ঐহাক্তি লাম্মী ওইবা তোক্কুনা
কুইববনি খুন্দাবকপা মীবমসিদা॥
মীৎতা পিবাং চেন্দুনা 'ঐবুসু পুবিয়ু'ঃ
য়েংগে হায়জেঃ ইবমদমগী অশাৎপা লৈবাং কয়া,
চেল্লিবা তুবেলগী অতপ্পা লাইজ,
নিম মচুগী অতিয়া,
শন্দোক্লিবা থবাশ্নিচাকশিং ,
'ঐবু পুবিয়ু নহাক্কী নবৈবাক্তা'॥
তপ্পা নাম্বুবকখি ইশাদগী
চেৎনা কোল্লম্বা পাম্বোম অনীদু,
নিংথৌবেল পিগমেল্যান্না হকখিবা লাইবেঙ্গী
লেপহৌরে অঙ্গংবা উনগী চীংখোঙদা,

কায়ববা আশানা মঙদ-মঙগুম
থনম্লে ঙসি মহাকপু
উন্না কূপ্লবা চীংখোঙ মচাগী
ফূগাইনা শাংপা লৈবাং মবক্তা ॥

*

(৯)

## ভক্ত অশেংবা কনানো?

মতূম তাববা পৃথিবী
তঙ্খায় হেন্না য়োৎশিনগ্রবা
লম্বা পাবিনবা লৈত্রবা
থৌনা-লিংজেলগী লোইবা নাইদ্রবা—
থাবকই,
সিংহাসন্দা ফম্লিবী ইবেম্মা মহাবাণীনা,
লান্দাকনবা অদুগা খয়াংনুংদা উমশিনখিনবা
পীকত্রবা, মীশীংসু য়ামজদবা
পঙলিবা মহে-মশিংসু হৈজদবা [মীয়ামগী]
লমদমসিগী মথক্তা মায়কৈ অহুমদগী।
ফূজিল্লকখি বোম-তোপ চামানা খূজিং ওইদুনা
কোহিমা, শিলচব তমুদগী কুচু ঙৌববা লুচিংবশিং
সিপাহি মপোৎ-মপোৎ পুবদুনা
থুগাইখগে, হাৎলগে, নমদুনা লোই চল্লগে,
অদুগা শিংলগে মী হাৎপগী লমনসূ ॥
অচৌবা তুবেল ঈপাক্তা
অপীকপা খোংগী লাইজনা
নোম-নোম মশানা চেনশিনবা
প্রকৃতিগী শোইফদ্রবা নিয়ম্নি,
ইতিহাসকী ফীবান্দা থেংলিবা
য়োংখম-শমজেৎকী খোঙচৎনি।

হংনীংলিবা বাহংনা—

পাঙ্গল-লৌশিংদা অৱাংপা মশক খণ্ডব্রবা
মশীং য়াম্লবা তেঙ্গোলগী মাইয়োক্তা
লমদমসিগী থাঙ, তা, চুঙ্গোইনা
শিবগী অকিবা পোক্তনা
কবি মবমগী মৈবানবীগুম
মৈবা হৌনা শাববা মৈজাউ তম্লা
ভাব তাদনা হোৎচিল্লিবা?
কবিগী থৱাই থাবি মৈ-মতৃমগী মমাঙদা?
কন্না হোৎনজবা পন কয়া থিংদুনা,
শোকখিদনবা সনা কোনুং
কায়খিদনবা 'বৃন্দাবনচন্দ্র'
অবেম্বা ওনখি মীৎকৃপ্তা
মৈশা কল্লবা মৈবূন 'মাঙদা।।

থৱাই কৎথ্রবা ভক্তশিংগী

লৈবমগনি শোইদনা নুংশিবী কয়া'মা
কায়নবমদাই পীবমগনি প্রেমগী বিদায়
শোক্লবা, মশা কীম্থ্ববা কয়া অমনা
নীংঙমদনা হল্লক্লম্বা য়াই থম্মোই কাযনা,
অবোনবা ৱাবী কয়া অমনা—
নুংশিবগী, কায়নবগী, অবোইবা য়াহীপ তানখিবগী।।
ইতিহাসনা থম্বিবমদ্রে মখোযগী মমিংদি
লৈবাং খূজোক খবনা শূপ্নগী লাইজথক্তা
তাউহন্দুনা ইকাইখুম্নবা নত্তনা,
নৎত্রনে মখোয়সি অশেংবা ভক্ত,
অশেংবা নুপাগী থম্মোই চেনবা হায়বদু?
[অমবোমদা] ইতিহাসপু নাথৈদুনা
লৌনম লাংদা শোন্নবি ভক্ত খবগী মিংলেন,
কিদুনা চেনখ্রবা মহাবাজ,
অমুকসু ফম্নিংলি মবৈবাক্কী সিংহাসন্দাঃ

কিদুনা লোৎপ্রবা যুবরাজ [সেনাপতি]
মাবূ ক্ষাবা লাকপা সিপাহিদা হায়দববা
'সনা পীগে থিনবিয়ু চসাদ খুল য়ৌহল্লু' :
অহল ওইববা মন্ত্রী,
মী হাৎপদা হালেংদবা
নিংথৌবেল কয়া' মনাই ওইদুনা তৌনীংবতা তৌবকপা,
অকনবা চৈবাক পীবদা নোক্লা মথৌ পাঙথোকপ্রবা,
ইতিহাসনা শোন্নবি মখোয় খবগী মিংবুদি
অশেংবা ভক্ত ঙাক্তনি।

থৌবী হূক্তনা ঙকশমদা,
ফাঁসী তৌপ্রবা মীয়াম মমাঙদা
লমন শিংলিবনি নখোয়বু হাৎপদা
শক্তি লৈবী মহাবাণীনা—

অদুবু কবম্বা মীশি-মীহাৎকিনো
কবম্বা ভক্তগীনো ঙসি ৱাংনা চিংখৎলিবা
অতিয়া' ৱাংনা হাই-হুন্নিবা
মচু তবেৎকী ফিৱাল, মচু তবেৎকী ফিৱাল?

*

(১০)

## হে! সেনাপতি

পূকচেল খামল্লি সেনাপতি নহাক॥
থৱাই পাল্লিবা মীওইববু অদুক থীনা ওৎপিবা,
মীনুংশি য়াওদনা হাত্তোকপা,
তৌবগে মতাগুম ঐদি নিংথৌবেলগী মচানি,
নিঙোল কয়াগী থম্মোই' থুগাইবিবম্বা,
লোই থাখিবা কয়া অমনা মীবমদা।।

নহাক্কী নগুংলাংগীনি ঙসি কপহৌবিবা থম্মোই শোক্লা,
নহাক্কী "নুংশিবা" খেন্নব্রা অতোপ্পা নুপা ওইবশিংগী
থম্মোইদগী?
নহাক্কী "নুংশিবা" য়েঙ্খোকপা ঙমখিব্রা
শকক মান্নবা [চনুবা] তবামাথোইগী থম্মোইদা?
মসি ওইথোক্তে, শোয়দনা য়াবল্লোই ঈশ্বরগী নিয়ম্না।।
হায়য়ু অমুক্তং অবোনবা চীবোন্দা,
ইতিহাস ওইব্রবা থৌদোকশিংদু,
নঙগী থাঙশাং-থাঙহাইদা মীওই কয়াগী থবাই থাব্রবগে?
নঙনা তৃমিন লৈথোকখ্রবদি বা ঙাংলবোই খল্লবদি
চেনবা য়াববোই 'সিমদি নহাক্লা,
ইতিহাসনা অশেংবা সাক্ষীনি।।
নঙনা হাংখি মীওই নিফুমবি,
নঙগী থাঙহাইদা কেনখিবনি লুবেন
নুপী-নুপা, অহল-অঙাং খেন্নবা য়েংদনা,
হাংখিবনি নহাক্কী অকনবা য়াথংদা
য়েমীগী নুংশিববা, তোল্লবা থবাইশিং
হাংখিবনি নখুংনা ।।

*

(১১)

## মশানা য়ানা শিখিব্রা?

তোংখিবা লৈতে দোলাইথক্তা [যুববাজ],
চিংলকখিবনি লমজাউদা উফুল ঈতে তৈনা,
অদুগা শিন্নে কুচু ঙৌবা মকন্থী সাহেবতা।।
নিশা পান্থী ওইবসু কানিনা
ফৃগাইনা শাংপা অঙাংবা মচুনা লৈতেংদুনা
থম্মোই হূখ্রবনি কবি কয়াগী,

লৈবাং লীশীংলক্তগী নাইতোম পান্বী অমদি
লৈহাও ফবম্বনা ৱাংখৎখি,
হেন্না ময়াম্লক্তগী নাইতোম তানা।।
ৱাংখৎলবা পান্বীগী ফূগাইনা শাৎচবিবা
অঙাংবা মচুগী লাইৰক থীববী
লৈবাং নঙবুদি শোইদোকপা তাবে,
ময়ামগা শবেপ মান্ননবা
য়েংবদা হেন্না নীংথিনা পবেং-পবীং কায়দনবা।
হে! যুবরাজ! ফূখিবনি নহাক ফাববা মতুঙ'
গুর্খা সিপাহিগী চৈতূপ্না অহীং নোংশোইবা কন্দুনা,
লেপ্পা ঙমখিদে হকচাংনা বিচাব ৱায়েল শঙলেন্দা,
লোনসু থোকখিদে পাঙ্গল ৱাৎপনা,
নহাক্না মৈতৈলোন, মীবৈবাক মচানা ইংবাজী।।
আঃ কয়াদা চাউখ্রবা অহোবা অহাঙবনো—
হংনীংবা ৱাহং কয়ানি, খুম্নীংবা পাউখুম চামনি
অমত্তসু ফাওনদ্রে ইবোল-মীবোল মপাউশিং
মীৎনহা অনীগী ঙাংশিল্লবা মবোল নত্তনা ।
লানবূং চঙদুনা হাৎলুবা নত্তে সাহেবকী লান্মী,
অদুনা পীবনি শিবগী দণ্ডী, মী হাৎপগী [দমক]
বিচাব পীবনি 'তোমথিন ঙানবা মীওই' হাৎপগী।
পাযখিবা লৈতে লানবূংদা
খূৎশু-খূৎলাই মখূৎনা, থেংনখিদে যেক্লবা ।।
মীবোৎনি নহাক্তি শিবা কিদুনা লোৎখিবা
শাগৈগী নাইতোম তাবা খাংপোক্তা,
অদুনা চিংথোবকখি শূমাঙদা—
হূকখি খৌনাউদা ফাঁসী থৌবীনা
অঙৌবা জাতিগী মীবানশিংনা ।।

## (১২)

*'Had I known,*
*When we left the Residency that night,*
*That he and I were never to meet*
*Again on God's earth,*
*I could never have faced that march '*
**— Ethel St Clair Grimwood**

# 'মীরৈবাক্তা লৈহৌরবা নুংশিবা'

সমুদ্র ৱাংমদগী অনৌবা লমদম অমদা
অনৌবা সংসাব অমা থিরুনবা
মপুবোইবগী তুং ইঙ্গবকপিনি।
পুঙ্গিদা থেংনদ্রিবা অশংবা চীংশাং পবেংনা কোয়শিনবা
ঈংনা-তপ্লবা লমদমদা শাংলম্বা মচু-মচুগী লৈবাংশিং
ইনৌ-নৌই থম্মোই-লকা [মেম সাহেবকী],
পাং কয়াগী ঈমায়দা শাংলম্বা থবো, থম্বাল, থাবীকথা
শংবান্নবা অতিয়াদা থাজবু উকম্বা,
খল্লকখি পুক্নীংদা—
অশংবা মচুগী মহিনা তৈশিল্লবা লাই যেকপা চিত্রকাবগী
অঙকপা লমদম হায়দু ওইবেকো।।
উফুল থাংবা লম্বীগী চিদাইদা
মকা ফন্না শাংলি কোম্বীবৈ, কুশুমলৈ, শিঙ্গাবৈ,
শম্দোক্লি লৈনম্মা গুলাপকী, লৈহাউ লৈবেনগী
মসি নংত্রনে মিতাজবিবা নুপী ওইবীগী থম্মোইনা?
নুতিগী শান্নৈ কোম্থৌজম ইখোলদা,
লৈ হেক্তুনা, হিনাউ তোংদুনা,
থম্বাল কয়া হেকখি
অপীকপা খুংশেমগী ফজবা পাংয়াইদা।।
মখল-মথেল লীলা কয়ানি
অঙকপা শগোল কাঙজৈ' মশান্নাঃ

সেনাপতিনা য়েবা মশক উখিদবা কাওক্রম—
হে-শিংলবা শান্নরোইশিংনা উহনখি
মেম সাহেবকী মীৎমাওদা,
শক হেনবদা তোমথিন ঙানবী
মশাদা সনাগী লৈতেংনা য়োন্নবী
মৈতৈ চনুবাগী অথোৎপা খুৎশানা
থেক্ক-নৌনা শাখিবা জগোইদা
মেম সাহেব মোমোন্নখি [থৱাই তানা]॥'
লমদমসিগী ইতিহাস ভাব মুন্না তাহৌদ্র'সু
থৱাইনদি নুংশিখি মীবম' লৈবাক মচাশিং॥
চৎমিন্নে শগোল তোংদুনা শা-তানবা সেনাপতিগা,
হেকমিন্নখি লৈবাং খুজোক কয়া অমা,
[কবন্না মপাউদা ফাওনবিবা নুংশিবগী চীবোন্নো?]
শা-তানবা ফংদ্রবদা—
য়াবেকমিন্নে ৱাববা হকচাং অনী
পামেল উজাউ ফৈবাথক্তা॥
লানগী ৱা ৱা চেন্নবে,
ফাজীনব্রে মপুবোইবা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোলনা,
লাইবক থীববা সাহেব লেংখি থৱাক্তা
মৈতৈ তা অশাংবনা—!
নুংশিবসু লমদমসিবু, নুংশিবসু সেনাপতিবু
চেন্দবা য়াখিদে পাম্মুবা থৱাই হিংনবা!
চেনখি মেম সাহেব মীৎলু' পিবাং শীন্থুনা
পৃক্তি হিংনবা লানফমদা মীচেন ওইববী মহাক্লা
ৱাংলবা লাইমতোন মথক্তা কপ্পা শোল্লি অবোইবদা
'লৈহৌবোকো নুংশিবা অমুক হন্না উন্নববোই,
বিদায় পীববনি সেনাপতি মপোকসিমগী'॥

*

(১৩)

## নুংশিবগী বিদ্রোহি

মিংগৌদি ওম্বোক্লা ফজবে,
সনাইবেম্মা, ইনেমশী, বাণী, মহাবাণী মিংগৌ কয়ানি
থম্মোইস্ু অনী লৈবগুম তৌইঃ নুংশিবগী অমসুং অপাম্বগী।।
মতম কুইববগী মমাঙগী ৱাবীনি— সাক্ষী লৈহৌববা।।
পাখৎচববা মপা ইবুংঙো নিংথৌবেললা
ঈনখৎলকপী মচাগী মীকি-লাইকিদবা
শাজৎ উবদা খল্লি থম্মোইনুংদা—
মাঙবা তাবে ৱাজকুমাৱীঃ
অথীংবা লৈত্রবা সনা কোনুংগী লৈকোন্দদি
অকে-অমৌদা চাউবকপা,
শেৎনীংবা শেৎ, চানীংবা চা
ওইথোক্লোই য়ুম্লাক ওনবদা
ফাজীনখিনি নীং-তম্বা ৱাজকুমাৱীগী।।
অদুনা থাজবনি [সনা কোনুংগা মৰী লৈনদবা]
লায়ববা মচা লল্লোনবা নুপাদা কুন্দো পবেং হূক্কুনা,
খোমগৎখি কোই-কোই তাবা লাইবক্কী অমুবা শল্লাং।
সমাজগী চৎনবী ব্যবহাৱদা, লাইনীং ধৰ্ম্মদা
হকচীন্না কিনবা মতমসু ওইবিবা
থম্মোই চাউববী ৱাজকুমাৱী
চোংথোবক্লে নাইতোম শীংনদুনা চনুৱাশিংগা ।।
য়ূমদা তোইনা য়াবেক্তবা লল্লোনবা,
নহাক্তি উখিদ্রে, মৌগী শীংদা চল্লবী [ৱাজকুমাৱীনা]
হঞ্জিন হঞ্জিন ৱাম্বুবা বড় সাহেবকী তম্পাক্তা . ।।
কবি কবম্বা উপায় থিরগা
তামথোকহন্নবা থম্মোই অনীগী অবোনবা
উপায় লৈখিদে লল্লোনবা,

খা চীক্লুনা তৃমিন লৈথোকপা নত্তুনা।
হেন্না মৈচাক কল্লকখি মীবম মচাবু নুংশিবা
অদুনা হূকখিবনি কুন্দো পবেং অনীবক।।
সমাজগী চৎনবোল কায়ববা
তৌহৈদবা দৃশ্য খুদিংমক,
উখি লায়ব'মচা লল্লোনবা।।
কায়নবমদাই মীৎকৃপ্তা শোনখিবা
'চৎলসি বাজকুমাবী, ঐখোয় অনী কদাইদনো
পৃক্তি লৈপুন শেন্নুসি '
য়াখিবা মবৈত্রে মৈতৈ নিঙোল
'ইপাম লমদম নুংশিবা, পৃক্তি লোমজগে লমদমসিদা'।।
হনখি মীবান বাজকুমাবী থাদোক্লুনা।।
মহাক্কী থম্মোইনা মচেৎ থোক্লা কায়খিবা
বাজকুমাবীগী থম্মোইনা খোঞ্জেল থোক্তনা কীম্বহৌবা
লল্লোনবগী নুংশিবনা মচোই মচোই তাখিবা—
কনাগী থম্মোইনো হেন্না মৈশা লাংখিবা?

*

## (১৪)

## করম্বা নিংথৌ হাক্তুনো?

ঐনা কোয়কই 'বেক তু পাষ্ট' কি মেছিন তোংদুনা
ৱাফম কয়া খন্নবকখি মখোয়গা উন্নদুনা
চুমথোকপা য়াখিগদ্রা অমুক ঈমায় থৈদোক্লুনা
অনৌবা সভ্যতা পুবক্লবা ইতিহাসকী।।
কদায় মহাকসিবা— চৌবজিৎ, মাবজিৎ, গম্ভীব, করম্বনা কনানো?
ও! শক থীব্রেদা, মুনা মুবিবা,
নাতোন ইনম নন্নগা মীৎপান ইখু খুবিবা

নশম ইশাং শাংনা নঙক ইতেন তেল্লিবা—
চীনবান্না চাউবিবা নবৃক্লা নোয়বিবা।।
নখোয়গী নবোন্দু মৈতে মবোল ওইব'সু
অর্থ থোক্তে চহী চনীখক্তগী
তুংগী মীবোল' লাকচবিবা ঐঙোন্দা।
ঐগী ব্রাহং: কবিগীনো মৈতে ফম্বাল মুন্নবদা
মচানা মপা হাৎলিবা মনাওনা ময়াম্বা হাৎলিবা
ইমুং অমত্তগী মচীন-মনাও
মপা-মচা য়েক্লবগুম খন্নবিবা?
পাউখুম: কলিকিনো খনপতা য়িহাক্লা ফম্পান তোঙপতা নুংঙাইক্লি,
ইতুসুং মশিং য়ামক্লি ইচাসুং য়াম্না পোক্লি
অতুনা হাৎপিপ্লে, অমহিকসুং থিপ্লে ইতু লৈমা মশীং য়াম্নপা।।
শিকাসু পায়ক্লি মীসুং হাৎপা ঙমপ্লে,
খঙতে য়ৈখোইতি মকলে সেমানা
কতাই-কতাই লৈপকে,
য়ৈখোইকি হাইপপু শানৈ-যুনৈপা,
নুপীসুং চকোই শাহনপা
খুন্নুং য়ৈশৈকা তাপা তুতনি ঈথৌ হাইপপু।।
'বেক তু ফ্যুচব' গী মেছিন্দা
চহী খবা কাখৎলগা নিংথৌবেল অমসু উন্নকই
নীংশিংবা থোক্লে নিংথৌবেলগী মমীংদি,
মহাকসু অদুম মান্নবা শক্তম্লি,
চুং-ফিবান চাদবা মোঙ্গোলশিংগী শক্তমদুনি।।
ঐগী ব্রাহং: কবিগীনো ইনিংথৌ লৈমা মশীং যান্নিবদি?
পাউখুম: মলমতি, ইচাসুং মশীং য়াম্নকা,
ফম্পান মুন্নপতা ফুলুপ শাতুনা
ইলৈপাক অসুং মচেৎ থোক্লা য়েনপিকে তৌপ্লে,
য়াক্তি কিচপ্লে পলাট সাহেব্লু
মাক্লা য়িহাকপু ঙাকপিপ্লে
কৃনা হায়লপতা মকলেতি অপিত্তং লৈপাক্লে

মীসুং মশীং য়ামতপ্রে চীংকি হাউনা পন খাপ্রে।।
য়াক্লা লাইলিক ইপিপ্রে সাহেপ লোকশিংতা
মখোয়কি সাহেব অমালকসুং লৈপ্লা
মকলে লক্ষা অনীসুংকী মপাঙকলকা মান্নপ্রে
য়াক্লাসুং 'মোহব' নমখিপ্রে খিলিতা অতুতা
'সাহেব অসুং থুনা থাপিলকউ':
সাহেব অসুংনা লৌপ্রে মৈতৈ মতু নুপীসুং
য়াম্লা কিপ্রে য়িহাক্তি মাসুং।।
য়াক্লা পোকথোকপিপা ইচাসুংনা মকলে থুকাইপ্রে
য়াক্কী ইতু খুতিংমক শোইনাইলমত্রপতি
অমালকসুং অকনপা লান থোকপা য়াপ্রে,
য়েখোয়কী মচু তলেংকী ফিলাক্তি
কুইলপ্রে মাঙখিপা মনীং মখা তমতুনা হাইপতো
য়াক্রসুং পীথোকপ্রে য়াক্লা কিচপা পলাত্তা।।
য়াক্তি মী য়াম্লা হাৎপ্রে,
অতুনা য়াক্কী ইচাসুং ঐসুং লৌপ্রে।।
মখা তানা অমুলক হংপিখনো
য়াক্তি ঙসি কৌপা নোংতা অসে
নঙকী নফমতা ইকায়পা পোকপ্রে।।
ঐগী ৱাহং : ঙাইবিখো ইনিংথৌ—
নহাক্লা মৈতৈ' ফম্বাল ফম্নিঙৈ,
মীওই কয়াগী থৱাইদি লৌবিখিবগে?
পাউখুম : য়াঃ কলিকি হংপ্রো, অতুতি খঙকে
হায়লপতি
য়াক্তি হুলান-চীম্থিপশিংতু মখোঙ মখূৎ পুল্লকা
তেন্তোং থাঙকি য়াম্লা থৌলপা মায়াতুনা ককপীপ্রে
মনাতোনসুং থাঙসিনা শোইথোকপ্রে,
মৱা-ঙাংনপা নুপীসুং মথুন ফনেক হাংথোক্লুনা
লীচৈনা য়াঙ্খেলক ফনপ্রে।।
লম হেনপা চন্জল্ খোংকী ইলেংপা থুত্তাং

মাকি খোঙলোই পুন্থুনা 'য়াক্কী 'থক্তা লান্তাপা
মখোই কী লুলেন ককপ্লে ঈখেংনা বাই চাইপ্লে
য়াক্কী মন্তলি থাংকানকা (আয়া পুলেন) ওইলিঙৈতা
হাৎপিপ্লে ফম্পান পাম্পা ইলেংপাসুং,
মণ্ডক কেল্লপা মশাসুং ফৌতুনা থমপ্লে
নুংশাতা কং-কং কংনপা
য়াঙপি থক্তা মীয়াম উন্নবপা পাং তিংপ্লে,
অসুং হাৎপ্লে য়াক্তি মকলে নৈশেম্পা ওইলিঙৈ
কংলা ফম্পান ফল্লিঙৈ ॥

*

(১৫)

# মোন্দ্রঙ চুবদা কশে নিংথৌরেল

অমম্বা কা মচাদুগী মনুংদা
ইথন্তা সোফা অমদা ফম্নগা
ইতিহাসকী লাইবিক ময়াম'মা ইমাঙদা খিন্দুনা
ঐনা পাবকখিবা, থিবকখিবা চেনা কয়াগী মবক্তা চঙদুনা
ফেন্তাসাইজ তৌই ইথন্তগী বাখলদা ॥
ঐগী মাঙদা তৃমিন্না ফল্লি
মৈতৈ নিংথৌবেল ইবুধৌ চীংথংখোম্বা মহাবাজ
মুন্না বাখল তৌবা মাল্লি,
ঐনা হংলক্কদৌবা বাহংশিংগী পাউখুম পীননবা শেম-শাদুনা।
ইনিংথৌ নৈশেম্বা, ঙসি নশূনা বাহং খবা পুজবকই,
অচুম্বা পাউখুমতা পীনবিয়ু থম্মোইদা থম্বিবনু অবোনবা অমুক।
ইপুনা তবানিপালশুবা চহী-চাগী নিংথৌবেল ওইবম্বনি,
নশূনা কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী মীবোলনি ॥
— কবিগীনো ইপু, আবাগী নিংথৌনা কশেদা
তোয়না লান্দাবূং ওইহনখিবা?

‘আৱা মচা কি নিংথৌতি য়াম্না কল্লক চাউগ্রে
কশে নুপীপুসুং মুন্থুনা মতু ৱোইনা লৌখিগ্রে
অমহিকসুং লম অসিপু পাম্পনে, মখোইতি ফত্তপা য়াইপি খিপিক্রে।’
— ইপু লৈমাবা, কশে কৌবী ইমা লৈবাক্কী মনীং-মখা তম্বগী
মণিগুম তাঙলবা ‘গুণ’ অমদি লৈবস্রা?
‘য়াক্তি খঙতেতা, নঙহাক্কী ৱাহঙ অতুতি অকপ্লে খুম্পতা,
য়াক্লা খঙপিপা হায়পপু য়াক্তি পাখঙপকী শাইওন্নে
য়াম্না কিক্কনপা নিংথৌনে।
‘য়াক্লা চেনপ্লি কিতুনা আৱা শঙ্কু লাকপিপতা,
চীংনুংতা, মান্নুংতা, হাউখুন্তা,
মীলোৎ ৱোইনা থুগুনা চীং মান্তা লোৎপ্লে,
য়াম্পুঙ কৌলশামসু মখোঙতু শোইনাইপ্লে
ইচীন-ইনাওনা কিতুনা আৱাশিংতকি মীলমতা চেম্থোকপ্লে।।
ইয়াকসুং ইতুতি য়াম্না থিপ্লে
ইচাসুং য়াম্না পোকথোকপ্লে,
মখোইকি মলাইপক কলি থোকপা কলিসুং খংতপ্লে ।’
—নুংঙাইবে ইপুবেল লৈমাবা, ৱাহং অমগা নশূনা হংজগেঃ
ইতিহাসকী চেনা খুদিংদা থেংনবকই,
তেখাউদা ইপুনা শামু অঙাওবা ফাখিবগী ৱাবী—
থোকখিব্রা তশেংনা মসিবু,
ইপুবেলনা শামু তশেংনা ফাবিখিব্রা?
‘চাঃ হায়হৈতপা ৱানি মতুতি,
তাইপঙ মীনপু শামু ফাপা ঙমকতলা?
শামুতি ’কনপা শা-চাউনি, মীওইপতি অপিশক নৌৱানি
তানিংতেতা নংহাক্কী ৱাহংতুতি অপংপা মানপ্লে।’
—কবিগুন্না, ইপুবেল ইনিংথৌগী মঙলান্দা নৎত্রগা মীংমাঙদা
মৈতৈ জাতিনা খুকম্নবিবা, ঈৱাংনবিবা
শ্রীগোবিন্দজী মহাক্কা তশেংনা থেংনবিবা য়াওখিব্রা?
‘ঈয়া! শিলি কোপিন্তা হায়পতি কলিনো
অহাউপা অমহিকসুং অথুম্পা ঙমোক্লা?

তাইপঙ মীওইপনা লাইকা ৱালি শান্নে হাইপসিতি
ঙসিতাং নঙহাক্লা তম্পনে,
য়াক্তি তেখাউতা কিতুনা চেনপল্লি শামুসুং ফাশিতে,
কোপিন্তসুং উন্নতে,
য়াক্কী হাইপপু মতম শাংথনা লৈথোকপা য়ান্ননপা
ইচানুপী কুলঙ্ক তেখাউ নিংথৌতা মতু ৱোইনপা পিপ্লে।।
য়াক্তি নিংথৌ ওইহনকনি হায়লপতি
লমসুং, সনাসুং, শেন লঙ্কাসুং পীথোকপ্লে।'
— হে মৈতৈ নিংথৌবেল,
তোমথিন ঙানবা মুক্তাগী ম্নবিক পবেং ওইবিবা
তাকপিয়ু নশূদা অসিমগাঃ
মহ্নপ শান্নসি মতেং পীনসি য়ান্নখিবা
কনানা হান্না হৌদোকপনো,
বিলাত লৈবাক্লা হানববা কশেনা কোনববা?
'য়াক্লা হানপ্লে,
আৱা লাম্পী তেঙ্কোল লঙ্কা কিপতগী
চেনপনী য়াক্লা মফম লোৎ-লোত্তুনসুং
অমহিকসুং থাপ্লে ইচিন-ইনাওকী মীহুৎ শিন্তুনা
কলিনো, হলিদাস কৌপা মিয়াংতু (না)
চৎপ্লে হায়চ-চে পুশেল্লকা চিতাকোং য়ৌনপা
ইতেং নিপ্লে আৱাতকি কনপিয়ু,
মখোইকি লাল্লোইশিংতকি কশে লৈপাক অপিশক,
পিপিকে হায়প্লে, মতিক চাপা দক্ষিনাতুসুং
সনা তাঙ্ক, শেন লঙ্কা, অমুপা মৈতৈ লং,
শামু ময়া ফজপা, খোইলু মলেক কাথোকপা
মকলে মুকালং অমহিকসুং আগোল মপাক (নি)'
— ইনিংথৌ, কনাদনো ইপুনা 'ইপিখিপা হায়চ-চে' অদুদি?
'ঈয়াঃ খঙতেতা! কলি কৌপ্লো— কাপ্তান ভেলেলেস হাইপলা,
চিতাকোঙ্কি মপুনি মহাক্তুসুং।।
ইতেঙতি য়ৌলকপা ঙমল্লে মখোয়সুং চঙপা ঙমততুনা

কশে য়ৌনা,
মতুনা অহানগা শনথীনি কশে-পিলাট অনীক্কিসুং
কৌনৈ নঙখোই ইশুশিংনা শনথী অতূসুং
ওফানশিপা-তিফিনশিপা তিলিতি হায়নতুং।।
মথং লিপিকে য়াক্লা মীৎনা উহৌপা কয়াসুং
হল্লো ঙসিকি লাইলেম্ত্রি য়াকসুং পোথা কে।'
— ঙাইবিখো, ইনিংথৌ লৈমাবা,
পাউখুম্বিবমখো অবোইবা ৱাহং অমত্তগী, হে মহাৱাজ!
ইনিংথৌগী পুন্সি মতৌ কৱম্না শিখম্নখিবগে?
'ঈয়াঃ মকলে ফম্পান মীকাপা য়াক্কী ইচা অসুংনা
মখূত্তা তেন্তোং খুৎশু পাইলকা
য়াক্কী ঈশাতা য়াম্নপ্লে, ঐসুং থৱাই থাপ্লে।'
নুংঙাইবে ইপুবেল, কায়নবসি নিংথৌবেল,
হিংচাবগী শক্তি উৎলম্বা অঙাওবা শামু ফাবীবা,
গোবিন্দগা ৱাৱী শাবিবা মতীক লৈবা লৈমাবা
লৈহৌসনু নহাক্কী মিংলেন অথৌবা
শাশিন্নবা ইতিহাসকী লামায়দা
ভগবানগী অথোইবা হে ভক্তৱাজ
কশেগী তোমথিন ঙানবা
অশংবা অতিয়াগী হে ধ্রুবতাৱা।।

*

(১৬)

## লমহেনবা বিলাট মচা

মণিপুৱদা পুরকই অহানবা থাইনা মমাংঙৈ লৈবমদবা মতম খঙনবা ঘড়ী চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাকথক্তা, মৈতৈগী মসিনা মহাল্লে 'ঘড়ী লোয়শঙ' থমখিবা সন্ধ্যাগী আর্তি-সেবা মতম চানা ফংজখি।

তোকশুবী নোংমৈ শীবকই [মহাবাণীনা]
মহাবাণীগী মাইথোঙ য়েকপা খ্বাঙ ফানবা চবৈ ফিজেৎ
খৃদোল কয়া'মা তৌবকই,
খৃৎখৎ হৈবদা লম্বা লৈত্রবা ফিজীনগী
হকচাং য়োম্লবা মুগা-লং ইন্নফি
সিফাই লালহৌ লোইশিনবদা
খৃদোল অমুক শীবকই শীনীংদনা শীখিবা মতেঙগীদমক।।
পঙজববা খুন্নাইনি লাইবিক-লাইশু হৈজদ'
ইবা পাবা ঙমদনা ওইববোই নীংঙি অচুম্বতা
বিলাটকী মীনি, বিলাটকী পোৎনি হায়ব'দি।।
অসুম্না পুবকখি নোংমা সাহেব অমনা মণিপুরদা—
ইশাগী ইমি তাহন্দুনা তছবীব নম্লনবা খৃৎলাই অমা
ইঙক ঙক্রে চঙক্রে,
সাহেবনা 'ফোটোগ্রাফ মেছিন' কৌবদা।।
অদুবু নোংথাঙগুম ফজববা মৈতৈ চনুবাগী
নম্বীখিদে নুংশিবা মাইথোঙ অমত্তসুঃ
ফনেক থোকহন্দুনা, ফৃবিৎ য়াওদ্রবা
অচৌবা থবাক্কী নাপোম অনীগী ফজবদি
লৌবীখি হন্ন-হন্না তছবীব কয়া।।
শাথেক-শাওং কয়াগী য়েংহৈদবা ফীবমদা
ময়েক শেংলবা তছবীবশিং লৈহৌবে সাহেবকী বাঙ্গলাদা।।
অমুক্তং নত্তে, ইতিহাসকী ৱাথোক অদু,
তছবীব নম্বা লোইবগা,
মতৌ কবম্না মমি থোকহনবগে বিদ্যাসু তাকপিনবা
সাহেবকী অমম্বা-কা দিভেলপ্লিং কমদা
ফি শেত্তনা শান্নখিবা নুংশি-কৃশ্মে কয়ানি।
পবেং ঙাইদুনা লৈনখি চনুবা কয়া'মা
মশাগী তছবীব যৌবাংনা,
লৌবীখি মখোয়গীসু হান্নগুম
মশা নাল্লবা সাহেবনা

চনুবাশিংগী ফজববা হকচাং কায়াংশিং ।।
সাহেবকী অবোনবা বাঙ্গলা মনুংগী ৱারী শীংবুন
মহাবাজগী সনা-নাকোং য়ৌবকই
'তৌগনু সাহেব থাদোকউ নহাক্কী লমচত্নু
চনুবা কয়াগী মাওবা তাবে ইজ্জৎ পূন্না।'
ময়াই কাববা সাহেবনা,
নীংথিববা হিনাউ তোংলগা
থোবকই অমুক থাঙ্গপাৎ ঈমায়দা,
শান্নখি হিনাউগী ফিজও মকমদা
নুংশিবগী লীলা মৈতৈ চনুবা কয়াগা,
চীনবিখি নাপ্পদা থবো, থম্বাল, থাবীকথা—
চেৎনা কোনবিখি লাইবকচাউবী মহাকপু।।
মসিনি ইতিহাস হায়ববু ঃ অঙৌবা চেদিং মথক্তা ইবিবা
ময়েক্লা সাক্ষীনি।
মবালনা মপোৎ ফাববা লম হেনবা বিলাট মচা,
থৌববা তাগী মতোন্দা অবোইবা য়াহীপ তানখি।

*

(১৭)

## দোব্রেগরগী খাংপোকশঙ

হাঃ দোব্রেগব নহাক্কী অবোনবা নুংশিবকা লৈববা?
নপুবোইবা থুপত্রবদা নঙগী থম্মোই লৈফম থোকপনি
তয়াংনা,
অদুবু মিকাবি নহাক্তি পীক্লিবা নচাবু সিংহাসন্দা ফমহন্দুনা
পামজবি নিংথৌগী মমা-শাবী ওইজবা।
মসিনা তাক্লিবদি, নহাক্কী থম্মোইদা লৈবি,
নুংশিবা, অপাম্বা, কল্লকপা, মিহৌবা,
নুংঙাইনীংলি অদুম্মক সনা-লুপা মথক্তা য়াওন্দুনা

[মীবোল কয়াবু থৌদারগা]

সনা-কোনুংগী অবোনবা, মীনা চণ্ডবদা থিংলিবা কানুংদা
মীৎকূপ অমত্তং নুংশিবগী সনা হকচাং সেবা তৌবিবা॥
কল্লকপদগী থোবকই ইতিহাসকী অনৌবা পন্দুপ অমসু॥
পীক্লিবা মচা-নৱাগী মহৎ শিন্দুনা ৱায়েল্লিবা
কল্লক মিহৌ চাউববী নুপী ওইবীগী থম্মোইনা
য়েংবা ঙমখিদে মতম শাংথনা,
অদুনা, হাৎলু ঈনশিল্লি মকম্বী মন্ত্রীময়ূমদা—
য়াম্থে থৌববা থাঙশাংনা য়েৎথংবা পাম্বোমদা
থম্মোই চেৎনা লাইনীংলিঙৈ মৈতৈ ভক্ত নিংথৌবেল॥
পূকচেল মাংলবা মকম্বী ভক্তগী মমাঙদা, খূদক্তা অঙাং ওলহনখি॥
মপাপনা শিবা কিববা থৱাইদি চেনখিবনি,
মচা অপিশক পুবগা অবাপ্পা মীবমলেন্দা ॥
শেৎনীংবা শেৎ, চানীংবা চা, মনীং তম্বা সনা কোনুংগী মহত্তা,
ফকচেৎনা ফক্লাং, তৌবানা শম্বল,
লেনবা তাখি লায়ববগী খাংপোক্তা,
চাদ-থক্ত ঈখৌ লাংবনা নুংহীক্লবা থম্মোইগা
অপাম্বনা মুৎশি-মুৎশি মাঙলকপদা
পিবাং ইতে তৈনা লেনখি চহী কয়া মীবমদা ॥
হনবা লৈতে নুপী ওইবীগী অপাম্বা—
কল্লকপা, মিহৌবা অমসুং নুংশিবা
মচানা ফম্বাল হঞ্জিনবা ৱাবক-ৱায়েলদা থৌবু ওইবকপা
পেঞ্জবে থম্মোই নিংথৌ মমা শাবীনা,
চাইথোকই শেল লক্ষা মায়কৈ-সলাই খণ্ডনা
কৈথেল ফম্বী লায়ববীশিংগী কোকথক্তা
নোম-নোম শামুথক্তগী য়েংথৈ অতোনবশিংদা
নোকচৈ থম্মোইদা মহে মহে লাক্লবিবা
শেল-লূপাশিং উফুল্লক্তা লম্বীগী ॥
চাক তাঙবা মতমসু লাকই সনা লৈবাক
ফংনদ্রে মীয়াম নোংমগী কোবৌ নুমিত্তা চখোম থৌনা চাজবা;

হিংলি হায়বতা মঙাইবে শরূ পোলাংগী হকচাংনা
মীওই কয়া অমনা চাবি হিংননবা লোক্তাক পাংকী
হৈকক, খেম্নুং অফংবা।।
'মতম অসিনি'
ইতিহাসকী থৌদোক অমা মীওই লীশীংনা সাক্ষীনহৌববা।।
চাক তাণ্ডবগী মৈবীবক্তা শাদবা য়াদ্রে দোবেগবগী
পোখাশণ্ড অমা চাউনা।।
কৈথেল অমনসু কোয়শিনবা তাবে পোখাশণ্ড।।
নুমিৎ খরা সনা কোনুংগী চবাঙনবা মবক্তগী
থম্মোই শান্তি ফংননবা অশেংবা লোক্তাক্কী ঈংলবা মালংদা
তেকথকবা আশা-ময়োল নৌনা চোংহল্লগা
মাঙলমচংকী নুংশি ৱাবী কয়া
অঈংবা লোক্তাক্কী লিবি হুম্না মালংবনা
নৌনা অমুক তেকখৎহনবা পামজখি দোবেগব ।।
মীওই লীশীং অনীগী চাদবনা শোল্হববা
পাঙ্গল, থৌনা শীজিন্নে দোবেগবনা
শূপ্নগী নুমিৎ মঙানি পোখানবা শেম্বদা
কৈথেল অমসুং খাংপোকশণ্ড।।

(১৮)

## লমন

ঐহাক অবাপ্পা চীংখোঙদা তূমিন্না শাৎচবী
নাচোল্লক্তা তিনবদা নৌবিবী কেতুকী লৈবাংনি।।
লান অদুদি লোইপ্লমাল্লে,
থৌবকখিদে ঐগী ইপাম নকয়াদা
নিল-খোংবা লানগী, বোম-তোপকী অয়াকপা খোঞ্জেল অদুদি,
হাৎন-শুনবা, থিন্নবগী অশি মীরাওখোল কয়া অমা

ফংখিদ্রে তাজবা ইনাসিনা।।
ইকুই কুইদ্রে লাকখিবা ঐহাকপু কৌখৎপা
ইপাম লমদম থাদোক্লুনা চৎপা তাখি সনা কোনুং।
কবম্লনো খঙহৌদে হূকখ্রে কুন্দো পবেং
পৃন্সিগী থেংনদ্রিবা নুপা অদুদাঃ
ও! নিংথৌগী ঙকশমদা কুন্দো পবেং হূক্লবা
লাইবক ফবী ঐহাকপু বাণী হায়না কৌবিবে;
ঐনা চহী খবসু মহনবা,
অঙাং অপিশক ওইবিবা, চীং-লেম্না ফম্লিবা
নুপা অসিনা ঐগী 'বাজা' হায়বদু
শোয়দ্রমাল্লে খঞ্জকই মিপাইববা থম্মোইনা . ।।
পৃন্সি, নঙসে মচু কয়াগী গুলাপ্পা য়োমশিনবা
থম্মোই অনীগী শান্নফম, মীনা উদ্রবা অচীকপা লমহাঙগুম্বনি,
থেংনবকই মথং-মথং অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা,
নুংঙাইবগী শকক্লদি মহেনবা সনা কোনুংগী পৃন্সিনি,
অদুবু কপখিদবা নত্তে ঐহাকঃ
ইনাও থোক্লবী, লাইবক চাউবী বাণী কয়া মথং-মথং
খোঙদাবকই সনা কোনুং।
মহৌশাবু মীবায়বিবা হৌবকপা
অনৌবা পাম্বা নুপা ওইবগী হে থম্মোই,
ঐহাক্কী নুংশিবদি খাইদোকপা ঙমজদে অতোপ্পা মীবান্দা।
বাণীদগী মহাবাণী— পামজব'সু থম্মোইনা
'থম্মোই' মান্নদি ম্নানীংখিদে নুংশিবদা শকক য়েন্নবা'
থুংবি চাকথুঙ, থা খূদিং লম্নাইগী শেল লক্ষা,
মিকাবদি উংখিদে ইনাওশিংগী মমাঙদা।।
নোংম-নোংমগী লায়থোকপনা
মৈশা লাংলবা থম্মোই
য়েংজখি পুক্লীং-মিংশেল খান্দুনা,
লৈবমদ্রে থোংনা ভৌববা উনশাগী ফজবা
খূইবন্নে অঙাংবা চীনবানগী নাকচীসু

তুমতক তৌবা গুলাপকী লৈনাগুম খৃজিন মপানগী ফজবা,
চৎস্ত্রে গুম্নমক নাইতোম হৃন্দোক্নুনা ঐহাকপু।
ঐনা কৎচবা লূক গোবিন্দগী,
কাওথোকই মখোঙনা শেংলবা শেম্পাক মন্দিরনুংদগী,
কৌবিবে ঐহাকপু 'মাংলবী মহাবাণী'
শোক্ল-পন্নবা য়াদ্রে, বামোন সভানা লাউথোকপি
অমাংবা নুপী কৌববীনি ।।
নোংমা, লমন শিংলগে খল্লকখি— নুংশিবনা অমসুং অপাম্বনা—
ধর্ম্মগী মিংদা লিংখৎলি মহাবাণীগী অখাবা—
নবদ্বীপ, মথুরা অমসুং বৃন্দাবন্দা
তাবম্বা য়াই মহাবাজনা, তাবম্বা য়াই মীয়াম্না—
কনাগুম্বা শকখঙদবা বাজকুমাবনা
মহাবাণীগী অখাবাদা কবিগী লোন্না চঙলিবা।
অকিবা পোক্তে ঙসিদি— নুংশিবগী হকথেংনবা লানফমদা,
ঐগী লমন্নি মসিনাঃ
নুংশিবদা লালহৌবিবী বিদ্রোহীনি ঐহাক্তি।।

*

(১৯)

## হে! বীর অথৌবা

ঙসিদি ইতিহাসকী লামাই হাংদোক্নুনা য়েংখৎলগে নৌহৌনা,
নহাক্না তৌবম্বা নুপা থোকপা থৌদাংশিং।
নহাক্তি নিংথৌ মচানি, বাজপুত্রনি মহী-ময়াই চেনবা,
নঙগী অমুবা কুচু, মীৎপান অনী অখৃবা,
অমুবা শল্লাংনা তুংদা য়াম্নবিবা ইশাং-শাংনা
কোক্লেন্দা কোকশেৎ থাদোক্তে নহাক্না।।
মালং ঈপোম মবক্তা অন্দবা অতিয়াগী,
শংবান্নবা আকাস্তা ঙাল্লিবা থবাম্নিচাক

ইচীক হুন্নবা, নুংশি মীৎয়েং তান্নবা
সনা কোনুংগী চনুবাশিং পুবী নহাক্লা নুমিদাংৱাই
নোংমসু ৱাবী মশান্নে লোল খণ্ডবোই খণ্ডদবোই
সাহেবকী বাশি লৈবী মেমদুগা।।
নিংথৌগী মচানি হায়বদা ফনা পকচৈ নহাকসে,
অদুবু কল্লি, থম্মোইদি নুঙদগী হেন্না, মীনুংশি ৱাৎপনবা
নুংশিবা মশক খণ্ডবনবা অশোয়বা অমদি মবৈখি।।
চীংয়ী অনীবু চৈনা কন্দুনা ঈহিং-নাহিং শাহনবা
নপাবুং মহাবাজনা দণ্ডি পীবা ঙমদদুনা
বিলাট মচানা ষন হাৎপগী শেবান্নবা ৱায়েলদা
থাঙ্গদা লোই থাবা, নাচুংবীদে নহাক্তি।।
পূকফত্তবা ননাও ইবুংঙোগী মীনায়না
[নহাক্লা] য়োকচবা শগোলবু হূবানবা
ফাদুনা অকনবা চৈবাক শীখিবা ইতিহাসনা সাক্ষীনি।।
হূবানববু ফাবগা লীচৈ অনী লোন্নদুনা
মনমদা চোকথ-মখৈ য়ৈখিবা অকিবগী শক্লোন্নি,
ঈহিং শাববা হূবানবা য়াইবীবে
অচাকপা মৈতাল মথক্তা
থুম-মোবোক কোয়চাই চাইদুনা।
চীংদগী খাজনা লৌখৎনবা,
'য়াম্বুং মহাবাজনা কোনুংগী অঙম্বা থাবদা
[খাজনা পীবক্তবদা চীংমীনা]
থীন্দনা লাকই মনাও ইবুংঙো
মবীন খাবা সেনাপতি ।।
মবাইবক থীববা অহল কয়া,
চেনবা ঙমদবা অঙাংশিং,
পাঙ্গল শোনবী য়েমী চনুবা,
পূন্সি লোমখি থৌববা সেনাপতিগী থাঙহাইদা।
'য়াম্বুং মহাবাজ কিগনবা, মবীন য়াওদবা নিংথৌবেল,
হায়ফম তৌকম খণ্ডনা চেনবা তাখি—

মনাওগী অকিবা ধমকাদা মৈতৈ ফম্বাল মুনবগী।।
ফম কাবে— সেনাপতিদগী যুবরাজ হায়না মিংগৌবে,
মবীন য়াওদবা কিগনবা, লৌশিংদসু শোল্লবা
ময়াম্বুং হংলাইবু থাঙ্গৎপিবে ফম্বালদা ।।
শান্নবা হৌবকই অফা-অপুন য়াওদনা,
শক্তি পূম্না খৃত্তা পায়বগা,
অখাবা লিংজেলগী, মীনুংশি খওদবগী লীলা মথেল।।
খল্লকই বিলাট মহাবাণীগী ৱাখন্দা
মতোন ৱাংনা চোংখৎলকপা লৈবাং পাম্বী 'সিমদি,
ফৃকপা তাবে মরু য়াওনা ।।
মণিপুর সনা লৈবাক্তা লান্দাবা লাকখিবা নত্তে,
লৈবাং মক ফৃক্তুনা পুন্ননবা
য়ৌবকখিবনি সমুদ্র ৱাংমগী তুপী উপ্পা সাহেবশিং।।
পৃথিবী পূম্না গুমদুনা লাক্লবা
পাঙ্গল লৈববা বিলাটনা
কদৌনি, হৈবাং মনুং'গী তীল অমা লৌথোকপদা?
হে বীর, অকিবা কৌবা লৈত্রবা
চেন-চোংবদা নোংশাগুম থৌবম্না
য়েক্লববু মশক খঙলক্লবা নহাক্রা
কবিগীনো লোৎলিবা ফাম্রগনি কিদুনা—?
লাক্রে গুসি নহাকপু ফাবা সুবেদাব
নহাকী চেনফম কদাইদনো অমুক
লোৎকনি অমুক কদাইদা—?
হৈথোই-শিংথোইববা চেঙ্গোং-মাঙজোংগী,
মীথোই-মীহেল্লম্না নপাঙ্গল, শৎজালগী মহৈশিং
কদায়' মাঙত্রে গুম্নমক?
ফাবীবে নমথুদুনা হে সেনাপতি,
শূমাঙ মতোন লৈমাইথক্তা
লাকচবা হেনত্রে মীনা, হে বীর অথৌবা ।।

*

(২০)

# মৈতৈ কুম্বাবা

পাখঙবগী শায়োন?
মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংথৌ?
— মবীন য়াওব্রা, গুণ চেনব্রা
শওং-শাদা ফজববা, নুপা ওইবগী
থৌনা-লিংজেল উৎলম্ব্রা?
অথৌবা বীব কনানো?
মশানা সহী তৌবম্বা—
'আই এম এন অনইদুকেতেদ
ইগনোবেন্ত প্রিন্স ওফ
সেভেজ রাইন্ড ত্রাইব্স।'
মতেঙ নিখিবা লৈব্রা বিলাটতগী
মরূপ শান্নসি, ইতেঙ পাংনসি?
সনা পীগে, মুগা পীগে, খোইরু পীগে
নিখিদববা লাইনিংথৌ?
আরা তেঙ্গোল লক্ষানা
চেনখিবগী মরমদি—
মৈতৈ থাঙ কিবনবা
বিলাটকী নোংমৈ কিবনবা?
হে রাচুম শূবা মরূপলোই
চুম্না তাকপিয়ু ঐঙোন্দা ॥
মীবোল থোকপা লেপ্লে,
মাঙবা হৈবগী মহে,
পাইবা ওম্বগী শক্তি,
অশাংবা লম তেলহনবা,
নোং তাহনবা লেপহনবা,
মশা শোক্কনা মমিদা

খুৎলাই থাবগী ৱাবী—
কুম্বাবগী লোইবা নাইদ্রবা
প্রকৃতিনা খোইশাওনবা
ফুঙ্গা ৱাবী তোক্তুনা
পাজগে অমুক্তা লাইনিংথৌ কয়ানা
মতেং নিবগী চিঠি মবোল
দববাবদা তাখিবা ৱাবেপ,
মৈতৈ নিংথৌ অকনবা,
পাখঙবগী শায়োন্না পায়বম্বা
খুৎশু-থাঙ ওইবম্বা
বিলাটকী নোংমৈ মমাঙদা
ময়া তুম্না কেনখ্রবা লাইনিংথৌ কয়াগী
য়েংজগে নশূনা,
থৌববা খুৎশু-থাঙ লাইওইববা ।।

## (২১)

## মোর্দন কবি

হে মোর্দন কবি হৈথোই-শিংথোইববা
খল্লু ৱাখল নকোক ঙাওবমখৈ
অদুগা ইয়ু, অকব্বা ৱাহৈ খন্দোক-খঞ্জিন তৌবগা,
হৈ-শিংনা পুথোকউ মীনা পাবদা লুনা থোক্কদবা
অর্থ চমন্নবা ৱাবেং, কবিতা কয়া।।
অপাবনা লায়না খঙলবদি
মোর্দন মিংথোল মাঙখিবা য়াই,
অদুনা নঙনা ইবা কবিতাদি লুহন্দবা য়াদে।।
নঙগী ওইবা ৱাহৈগী অনৌবা বানান পুথোক্কনি,
নঙগী ওইবা থৌদোক কয়ানা,

শাগৎলু 'পার্সোনেল মীথ' অমা
নৎত্রবদি মোর্দন মিংথোল মাঙখিবা য়াই।।
কবিতাগী অহৌবা-অবোইবা শেংনা মফম তাক্লনু
ৱাহৈ শীজিন্নবদা ছন্দগী তান-মেন থৌশাকনু,
পবেংগী য়াঙলেন ওইবিবা হৌবকফম-পল্লেপফম
থুগাইয়ু থৌববা মোর্দন থাঙশাংনা
অদুগা হায়য়ু— ফ্রী ভর্স নি, ওপন পোইমনি।।
শম্লদ্রবা পবেং কয়া মকোক্কা-মমৈগা
অকবা ৱাহৈ চবুন-চবুন্না শেন্নগা,
ভাব তাহনগনু অপাববু কমপ্লেক্স ওইহল্লু ঙমজবীদা
অইবা কবিতা খুদিং— নুংশিবগী, পূন্সিগী ।।
মোর্দন কবি অমসুং চিত্রকাব
ফাওখিবনি মখোয়গী কমপ্লেকসিতিদগী,
তবঙ চৎপনি মীচমশিংগী ৱাখলদা।?
'শ্রীমদ্ভগবদ গীতা' মতম খুদিংমক্কী খুৎইনি,
থিন্নবি অর্থ ঙসিসু ৱাহৈ পবেং অকবগী
ফজবা-নীংথিবগী শক্রোনশিং লোইবা নাইদ্রি চিংথোকপা
লৌশিং লৈববা গুরু লীশীং কয়ানা।।
অদুবু লাক্কে মোর্দন 'গীতা' গী অনৌবা ভর্সন অমসুং শক্রোন,
লৈববনি মহাক্তি অমব ওইনা মীওইবগী ।
—পিকাশো, মহাকপু মশক খঙবা মী খবগী চিত্রকাবনি,
মখোয়না থাঙ্গৎলি পিকাশো,
অঙকপনি, লাইপোক্লি, জিনিয়সনি,
পাউজেনবীবি দালী অমসুং ভান গো
মখোয়গী তুংইনবা খোঙলোই খবনা—
চুম্না য়েংবা মীৎয়েংদা ভাব-মেন তাদবা
খোবি খোৎপা লাই য়েক্লম্বগী ।।
অচুম্ববু অপৈবনি হায়বা, পূন্সিবু ফাগিনি, মীওইববু মেছিন্নি হায়বা,
চাউববা শহবগী দলানবু 'কংক্রিক জঙ্গল' থোনবিবা,
মীওইবা অনীগী মবী মেকানিকেল ওইহন্দুনা

নুপী-নুপা ইফোং ফোংনা হকতীন্নহনবা,
অথুম্বা চেন্নবা সমাজগী [অহিংবা মী লৈত্রবা]
অশাবনা কংশিল্লবা সাহাবাগুম
শেমগৎনবা হোৎনৈ মোর্দন কবি অমসুং চিত্রকাবনা
লৈহাও চেন্নবা, বসন্ত লাক্কুবা মালেম অমা।।
অদুনা, মখোয় মতম খবা ফাওবম্মীঃ মোর্দন কবি কৌবম্মী।
নহাকসু ইয়ু মোর্দন কবিতা
[য়াম্না কমপ্লেক্স ওইহল্লু]
নৎত্রবদি, মোর্দন মিংথোল মাওখিবা য়াই।।

*

(২২)

## নোংপোক নোংচুপ

নোংপোক্কী সভ্যতা পুৱাবীগী ৱাবী নীংশিংবনি,
থায়নগী ফজবা, নুংশিববু ঈবাৎপনি,
ওন্ন-তৈনবনি 'সিদগী নোংচুপকী সভ্যতা—
ঙবাংগী ৱা থৌশাদে মখোয়দি,
ঙসি অমসুং হয়েংগী মীৎয়েংদনি হিংলিবা।।
মখোয়গী মী, ঐখোয়গী মীসু অমহানি
[মওং মবীন চপ মান্নবা হকচাং পোলাংসু অমত্তনি],
শক-চুগী ৱাফম্না, অনেম-অৱাং খেন্নবনা
ফিজেৎ-চাকচা মান্নদবনা,
ওনবা য়াবোই খেন্নবগী অমসুং মান্নদবগী,
ৱাখলগী লীক্লম খেন্নবনা ফল তাহনবা য়াবোই
চৎকদবা অঙ্ক নিয়ম থুগাইবগা।
পম্বুং অমত্তনি পুন্না থুংমিন্নফম
হিংবা-শিবা, অৱাবা-নুংঙাইবা
নোংপোক নোংচুপ অনীমক।।
নোংচুপকী মীওই পোকপা নাই, শিবসু নাই,

থম্মোইদা ফাওই মখোয়সু নুংশিবা, অপাম্বা,
মীওইবা অমদা লৈবা য়াবা গুণ খুদিং
খেন্নবা লৈতনা চাকথুংমিন্নবি।।
লৈবগদি খেন্নবা পুবকপনি মান্নবদগী–
হেলেনগী তুন্নবা নাতোন, অশাংবা ঙকশম
ক্লিওপত্রাগী মীৎ থক্লা ফজববা খদাঙ
হেনবা নত্তে, আনাবকালিগী নাতোন অমসুং খদাঙদগী,
ওবফিয়সকী লায়াবনা, ক্যুপিদকী তেঞ্জিন্না
হেনবা নত্তে, তানসেনগী সিতাব, কামদেবগী মীৎচীদগী,
আলেকজেণ্ডবগী থৌববা থাঙশাং
পুক নিংথৌনা ঙাকথোকখি,
বৃটিশকী মৈ হৌববা নোংমৈ মব্দ
ঙাকথোকই লায়না মহাত্মাগী অঙাংবা গুলাপ্পা,
তুম্না মাঙখি অওৎ-অনৈ
লেপ্পা ঙমদনা মহাত্মাগী মমাঙদা।।
মতমগী য়াওলনা পুবকই মান্নদবশিং মান্নবদগী
মান্নবা লৈবমদ্রবদি খেন্নবসু লৈবন্নোই।।
ব্যাসদেবগী কল্পনা, বাল্মীকি মুণিগী ব্রাখল ঈচেল,
মখোয়দগী হেনবা নত্তে– হোমবগী, দান্তেগী পূন্সি মীৎয়েং অদুনা।।
মীওই লক্ষা কয়াদা ব্রাখলগী মঙাল পীবিবা,
চিংথোকপগী অবোইবা নাইদ্রবা গুণ শুনা তিল্লবা 'গীতা',
থায়নগী অমসুং হয়েং মীবোলগী তাঙলবা 'ঙাঙোয় পবেংনি'।।
নোংচুপকী মীওইনা হিংবগী ব্রাববা তাল্লকসিদা
উৎলি নুংশিববু মমল য়াওদনা লঙ্গীদা
পূন্সিবু লান্দাবি হিংবগী মাইয়োক্তা শীংনদুনা
[ফত্তবা চীঙ্গাক চাশিন্দুনা]
ব্রাউন সুগব, হেবোইন অমসুং মোর্ফিন
চাশিনবা লেপ্তে অথুম্বা মিথাই অঙাংনা পাম্বগুম–
স্পাজমো প্রোক্সিবোন, দাইজেপাম,
বাইও অলপ্রা জোলম গুলীশিং,

ঙাওনা ফৈনা চৎতুনা শন্দোক্লি পৃথ্বিবী' কাচিন য়ৌখিনবা।।
নোংপোক সভ্যতাগী মুনি-ঋষি কয়ানা
[ধ্যান তৌবি মীৎ উইশিল্লগা]
চাবা-থকপা লেপ্তুনা মাঙগী অমসুং তুংগী মীবোললিংগীঃ
পাপ-পুণ্যদগী নাম্থোক্লগা
কুইনা ত্যাগ তৌবিবা ফংননবনি 'অবানবা খুভম'।।
মান্নবা মশেন্না, মান্নদবদগী চিংথোকপ হৌনৈ,
খেন্নবিবা কবিনো, খেন্নদবনা কবিনো?
লন্দন্দা শাৎপা গুলাপ শাংলি ঐগী শূমাঙদসু,
তেমস তুবেলগী অকবা লাইজনা হেল্লোই,
ইম্ফাল, নম্বুল ঈবিলগী মহাওদগী,
আমেরিকাদা হুন্নিবা অঈংবা মালংবা
প্রকৃতিনা শরুক থুংবিবি চপ মান্ননা ঐখোয়গীসু,
মান্নবা লৈতে অনীগুনা প্রকৃতি মহাক্কী শক্তোনগা
[অদুনা খেন্নবসু লৈতে]
নোংপোক-নোংচুপকী তোঙান-তোঙানবা প্রকৃতি।।
নোংপোক-নোংচুপকী মান্নবা লৈ হীবম কয়াদা
অদুনা খেন্নবসু লৈ মান্নবা ময়ামগী মবক্তা।।

২০।০১।০২ : বিম্‌স হোস্পিটাল

*

(২৩)

## অরি-অনৌগী চয়েৎনবা

হে সতী খোংনাং
ইতিহাসকী সতী,
নিংথৌবেল চবাইবোংবগী সতী নহাকপু নত্তে৷
ঐনা মিংগৌবি কনাগুম্বী অমবু

'সতী খোংনাং' ঐহাক্কী থম্মোইনুংদা।।
নহাকসু মতমদুদা অদুম চাউনা হৌববনি
নশা-নবেংনা কোনবা থুংব্রবা নউদগী
শাংনা শন্দোবকপা উশা কয়ানা
চবোং য়াম্থদুনা অবিবা মবাশিং
মালেম শোক্লগা চঙলবনি লৈনুংদা !
উশিত্তে নহাক্না, কিকবা লৈতে কনাবুসু
হাইনা-হয়ৌ ননীং তম্না হৌবম্বনি মতম 'মদা।
অশংবা নহাক্কী উনা-ঝানা কযানা পীখি
উকম লাংনীংবা লম্বী চৎপা কয়াদা,
চোকথববা মবুক লাম্নবা শিশ্রীদা
পীত্রবনি নহাক্না পোত্থানীংবগী অপাম্বা।
চবোৎ-হাবুং মবক্তা ননাক্তা হৌজবা
মখোঙ চেৎত্রবা 'সোসিয়ল জিবো' ঐহাকপু
উশিংখিদে নহাক্না—
নোক্লবসু মালহল্লি, শাউনীংবা কবেম্লবসু অমুক।।
ঐগী থম্মোইদা
নহাক্না ইতৎ তত্তনা
হেম্মবিং তোক্তুনা ব্লদজনিং তৌখিবনি,
অদুগা মচেৎ তাববা অকায়বা ঐগী থম্মোই
থেৎখি নহাক্না উফুল্লক্তগী খূনগত্তুনা
নশা-চবোংগী নাপ্লদা ।।
মচোই তাববা ঐহাক্কী থম্মোই
কবিগী থুগাইবনো, কবিগী নাপ্লদা চিনখিবা
ভাব তাবমদে, শাউখি ওন্ন-তৈননা।।

*

চহী কয়াগী 'তুংসিদা
লৈবম্নি নহাক শকফম খবদি মওল্লগা
নশা-নবেং অখুইবা, কংশিল্লবা উনাশিং
হেন্না শাংথববা নশাগী মবাশিং,

অচৌবা নউ কোনবা থুংলমদবা
ববমখৈ মাঙখ্রবসু উবি
[মতম অমগী] চীং-লেম্বগী,
অচৌ-অশাংগী ফজবা শক্তম ।।
থেংলম্লি কংশিল্লবা নহাক্কী নাপ্পদা
ঐগী থম্মোই মচেত্তু,
হীদ্রা হেডেদ তাংলৈ অমোম্লি খল্লম্বা
ঙসি ঐহাক ভাব তাবকখি
অমম্বা নহাক্কী থম্মোই কাচিন অমদা
ঐবু লোম্না নুংশিবম্বা ।।

*

অদুনা খল্লে,
নকশিন্না নহাক্কী নখোঙ ময়াদা
ব্যুগনভিলিয়া ওইনা হৌবগা
নঙগী নউদা য়েৎশিন্দুনা মতোন য়ৌনবা,
লৈবাং ফুগাইনা শাত্তোক্লগা
উৎখিনি তাইবঙ মীওই মমাঙদা—
"পূনশিন্নবে ইবানী, ওইন্নবে অমত্তা
থুংনবে নুংশি ঈচেল অপাম্বগী।"
নখোয়না মাবু ক্যুমিয়ন সিবিল
ঐহাকপুনা এপোল্লোনি খল্লবসু
হিংমিন্নখিনি পুন্না, শিমিন্নগনি পুন্না
চেৎনা কোন্নবগা নুংশিননা
খুইথববা মহাক্কী থম্মোইগা
নৌবিবা ঐগী হকচাংগা
য়েংঙু অদুগা
'অবি-অনৌগী চয়েৎনবা'।।

১১ সেপ্তেম্বর, ২০০২ ঃ বিম্স হোস্পিটাল

(২৪)

## নুংনাংখোম্বগী ৱারী

হে! মৈতৈ নিংথৌবেল,
জয়সিংহ, নুংনাংখোম্বা, চীংথংখোম্বা,
ভাগ্যচন্দ্র অমসুং কার্ত্তা নহাক্কী মিংথোল ঙাক্তনি।।
শ্যামশাই খুবাইবাকপনা পম্ব্লৌনি নহাক্কী
চখা মবিং লোইখোম্বীনা পলেম ইমানি
শ্যামশাই পম্ব্লৌনা মোইবাংখোম লৈময়োন্দা খুন্দাবিঙে
তাইবঙ মিহুল তম্বনি।।
[নহা ওইনা] জাতিগী চৎনবী 'তুং-ইন্না
থাঙ-তা তমদুনা হৈথোইখি হায়নবি,
ইতিহাস পুৱাণগী লীখূন থিবদা
হৌখি পূল্সিগী অকবা তাঙ্কক অমা।।
চহী তবামঙা মপূংদা জাতিগী য়েক্রবা আৱানা
তাম্বোকপিদুনা হৈনহনখি 'লোৎপগী শাজৎ' চীংদা-মান্দা।।
'চীংশাং-ঙম্বা' তিমেন-তা খূত্তা পায়বগা
মদোম য়ৌবকখি তুসোম-সোমবা,
চঙশিল্লি চশাৎ কোনুংসু,
খোংজাই তোংহু নিংথৌগী সনা কোনুংদা
ঈকংলবা অচৌবা পাৎকুম,
লোত্তুনা লেনখি থাবুম কয়া।।
আৱানা লান্দাবে পাউ তাবদা
লাইগী মচা নুংনাংখোম্বনা
শাইখোম খাবম ল্যাকপগা, সেনাপতি আনন্দশাইগা,
মোংজাম্বা নহাকপ লাকপগা
য়েক্রবা আৱা থেংনগে ধমকাদা
চোংথোবকই লাইবক চাংয়েংবাঃ
তুমু লম্লেন য়ৌশিল্লুবা থীনা তৌবিবকই আৱানা।।

ককচিংদা মৈতৈ তেঙ্গোল শাজবা
আৱাশিং ঙাকপা ঙমদদুনা
শেমজ্জৈ অমুক তেঙ্গোল অমা
লৈশাংখোংদা নুংনাংবনা।।
পন্নিং হন্দুনা আৱাশিংগী মখূত্তা
নিংথৌ পান্দ্রবা লৈবাক অসি
পীথোকপা তাখি মণিপুৰ নুমিৎ মাপন্নি য়েক্লবদা ।।

*

অমুক্তং য়ৌকই সমজোক, থুগাইকই কোনুংসু
হোইগংলকই খোল্লগা ষন-ইবোই খবমখৈ,
অমুকসু লৌশিল্লি মৱাও কৌবা আৱা-লম্লেন অমখক,
কেতুকি হৌবা লানবূংদা
তুমু কৈথেল ময়োন্দা
লান্নিং হল্লি অমুকসু
পাঙ্গল্লবা আৱাগা শোক্লবদা ।।
ককচিংদা চব্দনা পন শাজবা
ইবায় লায়না তুহনখি— বাজি হৰিদাস, নাকনবা হাজাবি,
সনশেম্বম মুকুন্দা, পালকচান্দ অথৌবা
নহাকথক্কী নুংনাংবা ।।
চব্দ-তেঙ্গোল কায়ববা মৈতৈ অথৌবা মবক্তগী
চেম্থোবকই লোন্না হৈনবকপা শাজত্তা
মদোম কোইথি থিদুনা,
কাছাড় লমদম কদায়দনো।।
লম্বী মাঙখ্রবদা কাছাড়দগী, তেখাউ কবম্মা য়ৌবকখিবা
অঙকপনা থল্লি শ্রীগোবিন্দগী অচানবা মনাইনা।।
তশেংনা থৌজানবিখি সুবেন্ধানা
নুংনাংখোম্বগী কোক্লেন লৱাইদা
মখোঙ থেংনা থম্লগা
শিন্নবি হৈথোইববা তেখাউ লাম্মী খূজোক অমা,
লম্বী মাঙন-মাঙনা মিবাপ তুবেল য়ৌবকপা

লৈবমক্রে আরাশিংদিঃ থনগ্রে তেখাউ খুজোক খরদুসু।।

*

কোনুং তোয়না হোংবদা মমিং চৎপা লাই'মচানি,
সঙাইথেন্দা সনা কোনুং শেন্নগা
সঙাইগ্রৌদা অমুক মশাবা,
চজিংদা কোনুং লিংখৎপা,
লমাংদোংদসু কংলা মশেম্বা,
লংথবান্দা কোনুং শাগৎপা
ইম্ফাল ময়োন্দসু কংলা থিন্দোকপা
লন-থুম পেক্লুনা সনা-কংলা লিংখৎপা
পাবী-পুবীশিংনা শিন্নবম্বা মবলমক্তি নত্তেদো,
শেন-লূপা মাঙহল্লম্বা নুংনাংখোম্বা নহাকথক ।।
পলেমগা পোকমিন্নবা খেলৈনা
আবাগা লৌতুনদুনা—
চিংথবী সিংহাসন্দগী লাইগী মচা নুংনাংবু।
পৃকচেল শেংদবা খেলৈ শিবা তাখি
খাবি লৌবৃক্তা  মশামক্লা শাজবা
নুংনাংবু হাৎনবা যজ্ঞ তৌদুনা শেমখিবা
পূজা তৌদুনা থমজবা তিমেন-তা অদুমক্লা,
শালা খোংঙম মিংথোনবা নাহম শিংলবা মনাইনা
হুবাল্লকপা তিমেন কৎচখি নুংনাংদা।।

*

লোৎপা অমসুং চেনবগী,
মনুং শাজৎ হৈনবক্লবা নুংনাংনা
চজিংদা কোনুং শেন্নিগৈ,
শিন্নাইবা ঘনশ্যাম, খগিন্দ্র কৌবা অনীনা
আবা খুৎপুগা লাকপদা
হন্দুনা চেল্লি তখেলদা (১৭৭৪),
লাইবক থীবা নুংনাং মহাকথক
ঈশিং ঈচাউ থোক্লুনা শৃপ্না ফৌ শঙবাইদা

শেন লীশীং কুম্লানি,
শেন মখায় মণ্ডানা
মীওই অমগী পৃকথন চেঙ ফংবা কান্দা।।
লৈবাক্কী অৱাবা পাউ তাব'সু
তখেলদগী থোবক্কুনা খূদক্কা কোনুং শাগৎলি,
লমাংদোংদা, লংথবান্দা .।।
খোং অমসু 'চন্দ্রনদী' মিংথোন্দুনা
নোংপোকথংবা কোনুংগী অকোয়বদা মতৌঈ।।
লৈবাক্কী চৎনবম্বা কয়া অমা, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতি
মথক-মখা ওম্থোক্কুনা
পুশিল্লকই শেবান্নবা মাধবাচার্য্য, বৈষ্ণব ধর্ম্ম,
অবিবা শাক্তং হোংদোকহন্দুনা
হান্নগী পথাপ থুগাইবগা
উপাসক ওইহনখি উকংনা শাবগা
বাধা-কৃষ্ণগী নীংথিববা মূর্ত্তি ।।

*

অফবসু মবৈতবা নত্তে, নুংনাংগী—
লৈবাক্কী ইতিহাস চঙখোন্নদি খণ্ডখিয়ে,
অফবনা লৌখৎপা, ফত্তবনা হুন্দোকপা
মীচমগসু ৱাবী হেক্কা মশান্নে,
পণ্ডিতশিংগা ৱাবী তোয়দুনা—
মীকোক মশীং থীদোকই
ধর্ম্ম খেন্নব'সু মান্নবা চানবিবা থম্মোইনি,
মতোইনা দোষ চাউদ্রবদি অকম্বা দণ্ডি পীগন্দে,
শাবা হৌদোকচৈ শেনগী কামাব,
সমাজদগী ঈম্থোক্কবা মীয়ামগী লৈফম
'হাওজোংপল' মিংথোনবা খুল অমসু শেমগৎলি।।
ভগবতী ঠাকুব, কবো খুম্বোংবা, মণিরাম কৌবা
মনাই পণ্ডিতশিং' শেমহন্দুনা চৎনহল্লি লৈবাকসিদা
'চন্দ্রাব্দ' কৌবা পাঞ্জি' খূৎপাই।।

দানসু মতৌবী সনা-লুপা-শামু,
পুক্রীং থৌগৎপী ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব অয়াম্বা।।
নুংনাংবগী লূজদবা (ফজদবা) অমদি
য়েক্নবা আন্নানা লান্দাবকপা খূদিং'
মাইয়োক্নবা ওমদ্দনা—
চীংদা-মান্দা লোন্না চেনবা
য়েক্নবগা শীংনবা ওমখিদবা অসিনি।।

*

(২৫)

# ইবুধৌ! নহাকপু অথৌবরা?

নহাকসে ইবুধৌ নশক্লা থীবিবা, কুচুনা মুবিবা
নাতোন ইচাউ চাউনা চীনবান ইথা থা,
নথীকসু নেম্নগা নবৃক্লা কংলিবা
শোন্নে অদুবু মীয়াম্না,
নহাক অথোইবা নিংথৌবেল অমনি।
থায়না মণিপুরগী চৎনবম্বা ধর্ম্ম, কলা, সংস্কৃতি,
মথক-মখা ওন্থোক্নুনা [পুমওন]
মীবমদগী অনৌবা মহাও পুবকখিবা
চুম্মী লমসিদদি লময়ানবনি নহাক।।
মণ্ডলান্দা শ্রীগোবিন্দগা শান্নখিবা ঝাবী-শীংবুন
অণ্ডকপা কয়া-কয়ানি,
সুবেন্ফাগী অণ্ডাওবা শামু-লমশা ফাহনবা,
অন্নাংবা চোংবদা লম্বানীংঙাই লৈত্রবা
পজেঙ ফিবাল থেৎপা মীওইদগী
নহাক্লা অমুক হেনবগী কাউনদ্রি ঝাবী ওসিসু।।
ফিলমগী খ্রিষ্টোফর বীডসনা ওন্নোইদবা
থৌশাবোল ঝাংনা চোংদুনা লেপ্লা নোংথক্তা ফুট-কুন
তাবকপদনা খোঙপাক মমি থৌদ্-নুঙথক্তা

কদৌনি, মৈতৈ ফুঙ্গা ৱারীনা—?

*

মশীং য়াম্বা আৱানা লান্দাবকপা খুদিংদা
মায়োক্লবা ঙমদনা পাঙ্গনবা আৱাগা,
চাংদা-মান্দা কোয়চেন-চেন,
সুবেন্দ্ফাগী মতেঙ নিজবা চৎপদা
লম্বী মাঙখিদুনা লম্মাঙনবা—
মফম-মবাংদা কোয়চৎ-চৎ
তেখাউ লম্বী খঙখিদবা
নহাক নৎত্রনে ইবুধৌ—?
জঙ্গলদা, উবক্তা, ৱাবক্তা,
লম্বী মাঙদুনা মকোক ঙাওখিবা,
সুবেন্দ্ফা উন্নহনবা ফংদনা
থাবুম তবক্ক দিখাও তুবেল তোর্ব্বান্দা
অবেম্বদা ঙাইহনবা হে' মৈতৈ অথৌবা,
লৈবাক তাক্লবা মণিপুব
থা-তকক শান্নবুং ওইখিবা
মশীং য়াম্বা পাঙ্গনবা আৱাগী।।
মবোল ফাওনদবা সুবেন্দ্ফা
ইঙ্গিৎতা ৱাবী শাদুনা
মৈতৈ নিংথৌগী কোক্লেন্দা
খোঙপাক্লা থমখিবা সুবেন্দ্ফা
ভিক্ষ্যা নিজবা নিংথৌবেল
নহাক নৎত্রনে ইবুধৌ—?
মতেঙ ফংলনি খন্দুনা, মযাম্নুংনা পোকচবী
শক্তি মীত্তাবী মী-হাৎপী কুবঙ্গ
হয়েং শিনি খঙদ্রবা
চহীগী নম্বোনা লুমথববা
হনুবা সুবেন্দ্ফাদা কখোকপা,
তেখাউ লাম্মী পুদুনা হল্লকপগী লম্বীদা

মণিপুর য়ৌওমদনা লম্মাঙনবা
ঊবী-য়াবী য়াম্বুৎতুনা মবেবাক্তা লম-তু শেংবগুম,
ইকায়বা নংখিবা তেখাউ খূজোক মমাঙদা,
অদুনা হনখিবা তেখাউ পবেং শাবগা
নহাকথক নংত্রনে ইবুধৌ—?

*

কোনুং তোয়না হোংবনা হৈনবীনি নহাক্কী—
সঙাইপ্রৌ-সঙাইথেন, লমাংদোং-লংথবান,
চজিং অমসুং কোম্ব্রৌজম
কংলা ঙাক্তনি নহাক্কী,
পৃক্সিদা শোক্লখিবা
মায় পাকখিদে লানফম অমত্তসু
ককচিংগী লান্দা মায়থীখি,
হৈবোক্কী লান, পলেনগী লান, মোবেগী লান,
মায়থীখি হন্ন-হন্না ঙম্মক।।
অদুনা চেনবনি চীংগী হাওবক্তা
চীংমী শাদুনা, তাংখুল হাওমী শাদুনা।।

*

লৈমা মশীংনা য়াল্লিবা—
[ইবেম্মা চনুবা ১৪ গা হকতীন্নবা
অকি-তুজুংঙি খল্লুবদা]
পাবী কয়া পোকখিবা
খঙবা ঙম্বা মশক-মমিং অপূম্বা?
পাবীশিংগী মবক্তা মচীন-মনাও হাৎনবা—
মবী-মঙাতনি তোমথিন ঙানখিবা—
লাবন্য-মধু, চৌবজিৎ-মাবজিৎ-গম্ভীর,
মপাবুংদগী সিংহাসন্না হেন্না নুংশিবা .
চৎখিবনি অদুনা সিংহাসন থাদোক্তুনা—
চঙজখি মোবনিংতন সাহেপতা,
"গঙ্গা তুবেল তোর্বান্দা

শেন পীদুনা লম-মচেৎ লৈজগে ”।।
পীথোক্তে হায়কই মচেৎ খবসু
মণিপুরগী হক নীং-খা তম্বগী
বিলাট সরকার’ মখুত্তা
ওফেন্সিভ-দিফেন্সিভ সন্ধিদা–
সনা পীগে, লুপা পীগে, লম পীগে।
লোনগী ময়েক খণ্ডদবনা
মীহুৎ শিনখি নিংথৌগী
ময়াং-মচা হরিদাসনা
মতেঙ ফংনবা ভেবেলস্ত-তগী।।
মৈতৈ ময়েক মুৎথৎপা
বাঙ্গলা ময়েক পুশিনবা,
মৈতৈ ধর্ম্ম মুৎথৎপা
গৌড় ধর্ম্ম কোনশিনবা,
মৈতৈ জগোই থুগাইবা
হিন্দু জগোই তোৎশিনবা,
চৎনবী কয়া মাইয়োক্লদুনা
অমম্বদা মখুৎনা মাবম্বা
গুম্মী নহাক ইবুধৌ–।।

*

রিম্‌স, সেপ্তেম্বর ২০০২

# নোট্স

## লমসিগী ৱাবী

[অহানবা শরুক]

**কবিতাগী মশীং অমসুং মমিং**

১৩– *'মরীক অমত্তং' (আঃ লাইবেম্নী সনাগী হৈতূপ ফংলবদা/পীখিবা নুংশি খূদোল কাউববা?)* – ১৯-২০

স্বর্গগী লমদমদা লুহোংবা অমগী থৌদোক্তা, লাইবেম্না-লাইবেম্বী খূদিংবু বার্ত্তন তৌরগা, এবিস (খংনবগী লাইবেম্বী) মহাকপুদি বার্তোন কংপা চিংথখি। শাউববা অমসুং ইকাইখবী লাইবেম্বীনা, লাই ময়াম তিন্নববা মতমদা খণ্ডহৌদনা ফজববা সনাগী হৈতূপ অমা লংশিল্লন্নগা চৎখ্রে, হৈতূপকী মথক্তা ময়েক খবসু ইবম্মী, "খ্বাইদগী শকহেনবী নহাক্কীদমক"। মতাঙসিদা লাইবেম্বী অহুম্না [হীবা, এফ্রোডিতে অমসুং অথেনা] সনাগী হৈতূপ অদু মুন্নবা হৌবকখি। মদুগী ৱায়েল্লবা লাইবেম্বীশিংনা পেবিসকী মনাক্তা লাকখি। হীবানা সনাগী হৈতূপ অদু মঙোন্দা পীববদি পেবিসপু এসিয়া পূম্নগী নিংথৌবেল ওইহনগে হায়বে, অথেনানা মঙোন্দা পীববদি লানফম খূদিংদা অথোইবা অমসুং অহেনবা মীশক ওইহনগনি হায়বে, এফ্রোডিতেনা ফংলবদি পেবিসতা পৃথিবীদা খ্বাইদগী মশক ফজববী নুপী অদু মহাক্কী [পেবিসকী] ওইনা ফংহনগনি হায়বে।

পেবিসনা সনাগী হৈতূপ অদু এফ্রোডিতেদা পীখি অমসুং মসিগী মহে ওইনা মতমদুগী খ্বাইদগী মশক ফজবদা অনীশুবা লম্না লৈত্রবী, নিংথৌ মেনেলোসকী নুপী হেলেন কৌবী অদুগা লোন্না পেবিসকা চেন্দুনা ত্রোই লৈবাক য়ৌবকখি।

[অনীশুবা শরুক]

**কবিতাগী মশীং অমসুং মমিং**

৩ – *'ঐগী সুলটান' (ঐহাক শিবিলমক্তি নত্তে)* – ১ ক্যামিঅন শিবিল অসি থাইনগী ৱারীদা য়াওরম্মী; অফাওবা থৌদোক-খ্বাথোকশিংগী মরমদা হান্নবা মাওঙ্জৌননা খণ্ডবা অমসুং শেংনা হায়দোকপা ওঙ্গী নুপী অমগী মমিংনি। এপোল্লোনা মহাকপু নুংশি

হায়না থেম্বদা য়াখিদ্রবী নুপী অসিদা লাইগী শক্তি অনী পীবিবস্মী ঃ অমনা লাইবাউ ফাওবা ওন্বগী শক্তি অদুগা অতোপ্পা অমনা চহী মশীং থীওমদনা হিংবা ওন্বগী শক্তি। মহাক্কী থোংলবা খুবাম্নুংদা চনবা, পায়শিনবদা থুংবা খুজোক্কী লৈঙোই মবীক অমগা চহী অমগী মতমগা মান্নহন্দুনা শিবিলনা চহী শাংনা হিংখি। অদুবু লাইবক থীবদি, মতম কুইনা হিংদুনা লৈববসু নহা ওইবগী হকচাংগী তগৎ-তগৎ তেকপা অমসুং ফজবা অদুদি শিবিলদা পীবিবমদ্রে। মহাক মথন্তা ক্যামে কৌবা চীংনুং অমদা চহী লীশীং কয়া হিংদুনা লৈখি। লম্বীদা শান্নবা অঙাং মচাশিংনা নুতিগী শিবিলবু লঙনবগা হংঙি ঃ "শিবিল নহাক কবি পাস্মী?" "ঐহাক শিবা প্যাস্মী", শিবিলনা খুমখি।

৮ – *'লৈহৌববী' (নিংথৌবেল পিগমেল্যান্না হকখিবা লাইবেম্বী)* – ১৪

সাইপ্রশ লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং নুঙদা হক্লগা মূর্ত্তি শাবদা লম্বা লৈতনা হৈবা মীওইনি। নুপী ওইবীশিংগী মতা চাদনা কেশিন্নবা অমসুং নৌথবা লমচৎ উবদগী নিংথৌ অসি মপৃক্সিদা য়ুম পাল্লবোই হায়না ব্রাশকখি। অদুবু মখুৎমক্লা হকচবা অঙৌবা মার্বলনা শাবা ফজববা নুঙগী নুপী অমগী মূর্ত্তিদা মহাক্কী নুংশিবা অমসুং ঈথৌ লাংবা ফোঙদোক্নুনা, নুংশিবগী লাইবেম্বী এফ্রোডিতেবু নুতিগী থব্রাই য়াওনা খুকমজখি। মমৈথংদা লাইবেম্বীনা মূর্ত্তি অসিবু থব্রাই হাপচীনবিদুনা অহিংবা নুপী অমা ওন্থোকপিবস্মী– মমিংনা গালাতিয়া কৌখি। নিংথৌ পিগমেল্যান্না নুপী অসিবু লুহোংলগা লৌখি।

৯ – *'ভক্ত অশেংবা কনানো?' ('সনা পীগে থিনবিয়ু, চসাদ খুল যৌহল্লু')* – ৫৪

ইং ১৮৯১ গী মে তাং ২৩ গী অয়ূক অমদা, শিংজমৈ থোকচোম লৈকায়দা লৈবা, টিকেন্দ্রজিৎকী মপুবোক (মমা পোক্তবীগী) অসিনা লোন্না লাক্লগা টিকেন্দ্রজিৎ মহাক্কী ময়ূমদা লোত্তুনা লৈবি হায়বা পাউ অমা খেলেন্দ্র সুবেদাবদা তূমিন্না পীখি। খূদক্তা, খেলেন্দ্র অমসুং অতোপ্পা Garo Hills Military Police তা থবক তৌবা নুপা আনু সিপাহি কৌবা অমগা থুনা মফম অদুদা চৎলি। নুংথিলগী পুং ১ তাবা মতমদা ইমুং মনুংদা লোত্তুনা লৈবম্বা টিকেন্দ্রজিৎপু মপান্দা কৌথোক্লগা খেলেন্দ্রনা হায়খিবদি– নীংথিনা চৎলগা, চীং-লেম্না ফজবা মওংদা Chief Political Officer গী মমাঙদা টিকেন্দ্রজিৎপু পুথোকপা অদুনি। খূৎলৈ থুনা [শকফম হঞ্জিল্লগা] টিকেন্দ্রজিৎনা, মহাক মতৌ কবম্না লোন্না চেল্লগা, চসাদ ফাওদুনা মণিপুবগী ব্রাংমদা য়ৌবা ওমগনি হংলকপদা, খেলেন্দ্রনা য়াদদুনা নম্ফৃদা ফাগে হোৎনখি। মদুদসু, টিকেন্দ্রজিৎনা য়াম্না থুনা ইমুংদগী অশেংবা সনা তোলা তরুক পুথোবক্তুনা খেলেন্দ্রদা পীবদা লৌ হায়বা য়াখিদে। মতৌ অসুম্না নীংঙাই তৌনবকপদগী খেলেন্দ্র অমসুং আনু অনী চঙদুনা টিকেন্দ্রজিৎপু নমথুদুনা ফাখি অমসুং নুমিৎ অদুগী নুমিদাংব্রাইবমদা [মে ২৩, ১৮৯১] খেলেন্দ্রনা টিকেন্দ্রজিৎপু

Chief Political Officer (H St P Maxwell) গী মমাঙদা পুথোক্তুনা থৃৎশিন্নে। Re *History of the Capture of Jubaraj Tikendrajit*, Sig , Khelendra Subedar, dt 23rd May, 1891

১০ – *'হে' সেনাপতি' (নহাক্কী "নুংশিবা" য়েঙ্খোকপা ওমখিব্রা/শকক মান্নবা [চনুবা] তবামাথোইগী থশ্মোইদা?)*– ১০-১১

টিকেন্দ্রজিৎকী তালোয় অফোংবা অমসুং অবোনবা পুন্না থাবগা মশীং তবামাথোই শুবম্মী, মখোয়শিংগী মবক্তা মবীথক্তি মমীৎতা মচা উজখিদে। নুপী তবামাথোইদুগী মমিংদি- শাৎপম চনু পেমতোন, লোংজম চনু লুকমনি, অহৈবম চনু চাউবিহল, কোন্জন চনু অঙাংজাউবী (থাবল), সেঞ্জম চনু তথোৎ, ঙাংবম চনু কুঞ্জমালা, লাইতোঞ্জম চনু অতোয়াইমা (উমাবতী), উসম চনু অপাম্বী, মাইবম চনু অমু, অকোইজম চনু অঙাংমচা অমসুং কোন্জম চনু থানিল অসিনচিংবনি। মচা ফংজখিবা তালোয় তবেৎ অদুদি– কোন্জম চনু (থাবল নৎত্রগা থানিল?) না নেগেন্দ্রজিৎ (ভগীবথ) পোকই, সেঞ্জম তথোৎনা পুবনেন্দ্রজিৎ (পুটিন্দ্রজিৎ) পোকই, ঙাংবম কুঞ্জমালানা বীবচন্দ্র পোকই, লাইতোঞ্জম উমাবতীনা ভগেন্দ্রজিৎ (ভগ্যজিৎ) পোকই, উসম অপাম্বীনা পিশকসনা পোকই, মাইবম অমুনা তোলচৌসনা পোকই, লোংজম চনু লুকমনিনা সনাহল অমসুং সনাতোম্বা পোকই।

Re *'A Descriptive Roll of the Family of Tikendrajit Singh, Late Senapati of Manipur'*, No 563 of 27th February 1892 (Manipur), from H St P Maxwell, PA. in Manipur to the Secretary to the Chief Commissioner of Assam

১০– *'হে' সেনাপতি' (নঙনা হাংখি মীওই নিফমবি/নঙগী থাওহাইদা কেনখিবনি লুবেন)* ১৯-২০

*'Note by the Chief Commissioner of Assam on the Annexation of Manipur'* কৌবা চেবোল অমদা WE Ward না জুলাই ১৬, ১৮৯১ দা অসুন্না ইবম্মী, "The Senapati marched out with 500 men to enforce payment, the final result of which was that some 50 helpless women and children were slaughtered at Yemi " (P6)

য়েমিগী মীহাৎ অদু মতমদুগী আসাম অমসুং মণিপুবগী ওইনা লৈবম্বা অচৌবা ওফিসাবশিংনা কন্না য়ানীংদবা ফোঙদোক্তুনা সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎপু লমহেনবা, মীনুংশি য়াওদবা অমসুং মী হাৎপদা তমথীবা মীশক অমনি হায়দুনা লৌনখি। থৌদোক অসিবু পান্নদুনা তুংদা নীংশিংনহৌবা য়াননবা ওফিসিয়েল দোকুমেন্ত অমা মখাগী অসুন্না মিং থাবগা

থনম্মী : "The WHOLESALE SLAUGHTER of women and children by the Senapati of Manipur (Tikendrajit) " —য়েম্নি খুন্দা লৈজবা মীওই ৪০০ খক্কী মনুংদা ৪৪ (নুপী-অঙাং) হাৎখিবগী মতাঙদনি।

হাৎখিবা মীওইশিংগী মনুংদা নহা ওইরিবা নুপাদা তবা (১০); অঙাং মচা তরা (১০); নুপী তরাহুমদোই (১৩) অমসুং লৈশাবীমচা তবামাথোইনি (১১)। য়েম্নি খুনগী মনাক্তা তাবা কুকিশিংনা অশিবা হকচাংগী মকোকশিং অদু পুদুনা চৎখি অমসুং য়েম্নি খুন্দা লৈজবা য়ুম ১৯ তুম্না মৈ থাদোকখি।

Re. *'Massacre at Yemi in Manipur'*, Assam Secretariat (1889), File No 574 J , *'Complaint against the Realisation by Manipuris of an enhanced Rate of rent from the Nagas'*, For B , April 1890, Nos 46-51

১১— *'মশানা য়ানা শিখিব্রা?' (ফুখিবনি নহাক ফাববা মতুং'/গুর্খা সিপাহিগী চৈতুপ্পা অহীং নোংশোইবা কন্দুনা . )* ১৫-১৬

টিকেন্দ্রজিৎপু ফাবথা মতুং জেলদা থমখিবা অদু অৱাবগী মশক ওইখি, মহাক্কী মখোঙ অমসুং মখুৎ য়োংকী চেন্না কন্না লাকশিনখি। বৃটিশকী লাম্মী অনীনা নোংমৈ মতোন্দা শঙ্গিন থেৎলগা নাক-য়েৎ কোয়েং য়েংদুনা চেকশীন্না শঙখি। মহাকপু, অচম্বা হুবান-চীঙ্গী তৌকবা নৎত্রগা লুট-পাট য়াওকবা মীওই অমনা ফংগদবা চৈবাক অদুম্মক ফংহনখি। মশাগী মবমদমদা অমসুং পাবী-পুবীদগী শাগোন্নবক্লবা সনা কোনুংদা বন্দী ওইনা থমখি।

Re *"দৈনিক ও সামাচাব চন্দ্রিকা"*, কলকাটা, জুলাই ১৯, ১৮৯১

"টিকেন্দ্রজিৎ মশা-মউ ফবা, মপাঙ্গল কনবা মীওই অমা ওইববসু, মহাকপু ফাবা মতমদদি মশা য়াম্না শোল্লবা, মখোঙনা চুম্না লেপ্পা ঙমদবা অমা ওইখি। মহাকপু ফাবকপা মীওইশিংনা য়াম্না শাথীবা মওংদা চৈতুপ্পা কন্দুনা ফুখি। মহাকপু অহীংদা ঙাক-শেন্দুনা লৈবা *গুর্খা সিপাহি ৪০ না কবম্বা মওংদা ওৎ-নৈখিবগে হায়বদু* মতমদুগী মণিপুরী প্রজা অমত্তনা খঙবা ঙমখিদে।" *'Samaya'*, Calcutta, 29th May, 1891

১২— *'মীবৈবাক্তা লৈহৌববা নুংশিবা' (শক-হেনবদা তোমথিন ঙানবী/মশাদা সনাগী লৈতেংনা য়োল্লবী)*, ২৫-২৬

মাইশাকপী কৌবী মৈতৈ চনুবা অসি মতমদুগী শক ফজবদা, বাণি গুণ চঙখোনবদা মাগুন্নী চনু-নিঙোল অনী গুদে হায়নৈ। লাইবক থীবদগী নুপী অসিবু বাজকুমাব শাকান্না

অমসুং টিকেন্দ্রজিৎ মচীন-মনাও অনীমক্তা অপান্না পোকখি। ঈথেল গ্রিমউডনদি মাইপাকপী কৌবী নুপী অসিদগী, মহাক্কী বাঙ্গলাদা মবক-মরক্তা কোয়থোবকপী সনা কোনুংগী লৈশাবী মচা বাজকুমাবীশিং অদুনবু থোইনা হেন্না ফজৈ হায়রম্মী। মাইপাকপী অসি সনা কোনুংগী মীওই অমত্তগা ঈ-মবী লৈনবা নত্তে; মহাক সনা শাবা (শূবা) মবল য়াম্না লৈবা নুপা অমগী মচানুপীনি। মপাবুং অদুদি মহাবাজগী দববারদা ফন্নিবা মেম্বব ওইবম্মী। মাইপাকপী চুম্নগী মৈতে নুপীশিং অতৈদগী খবা হেন্না ব্বাংলপ তৌবা নুপী ওইবীগী শাবান্নি, চাউরাক্লা চহী ১৬ লোম শুববী লৈশাবীনি, অমুবা, অশাংবা মশম্না লৈতেং ওইবীনি, মফি-মবোল তব্দ-তব্দনা শেংপী, অদুগা মশাদনা সনা অশেংবগী পূমহৈ লৈতেং কয়ানা গুকশম অমসুং পান্নোমদা শিদুনা অয়েংবনা মীৎ থকচবা মতাদুনি। নোংমগী নুমিদাং অমা, মাইপাকপীনা মকোক চিংদুনা শাখিবা মৈতে জগোইদা থবাই তানা য়েংলগা ঈথেল গ্রিমউডনা মোমোন তৌনা নোকচখি।

Re Ethel St Clair Grimwood, *My Three Years in Manipur*, 1891 (PP 130-31)

*১৩ – 'নুংশিবগী বিদ্রোহী' (হঞ্জিন হঞ্জিন ব্বাহুবা বড় সাহেবকী তম্পাক্তা )* ২৩

মণিপুবগী মহাবাজ সুবচন্দ্র সিংহগী মচাইবেম্মা, শাৎপম নিঙোলনা পোকচবী বাজকুমাবী সনাতোম্বী অসি মতমদুগী মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ত অমসুং সুপবিন্তেন্দেন্ত ওইবম্বা H St P Maxwell না ইংশোক ১৮৯২ গী ওক্তোবব তাং ৫ দা অমুক হন্না লুহোংদুনা লৌই। মহাকপু অহানবা লুহোংদুনা লৌখিবা নুপা অদুগী মমিংনা নোংমাইথেম মনীকচান্দ সিংহ কৌই, ব্বাংখৈদা লৈবা মীওইনি অমসুং শিনফম্ন া লল্লোনবনি। মতাও অমদা মনীকচান্দনা Maxwell দা অসুম্না ইবম্মী, "Your wife Sanatombi was formerly my married wife " মবম অদুনা বাজকুমাবী অসিনা Maxwell গা লুহোংবা মতমদা মহাক লৈশাবী হায়বদুদি ওইদ্রে, হান্ননা ময়ূম পাল্লবী মপুবোইবা লৈববী নুপীনি। ইং ১৮৯৪ গী জুলাই তাং ৫ দা বাজকুমাবী অসিবু Maxwell না উত্রাদা পুশিন্দুনা লৈমিন্নখি। লৈবাক শাসনগী মতাঙদা লম-তু য়েংননবা চৎপা খূদিংমক্তা সনাতোম্বীসু য়াওহন্দুনা নুংঙাইবা পূন্সি অমা লেনমিন্নখি ঃ মোইবাংদা হি তোংদুনা চৎমিন্নে (১৮৯৫, মে ২৮), ঈবং পাৎতা চত্তুনা গুা চামিন্নখি, ইং ১৯০৪ গী জুলাই ২৭ তা Maxwell গী বাঙ্গলা মমাঙদা মান্দপ খল্লগা বাজকুমাবী সনাতোম্বীনা মকোক চিংদুনা নর্ত্ত বাস শান্নখি।

*১৪ – 'কবম্না নিংথৌ হাক্তক্তনো'? (যাক্লাসুং মোহব নমখিগ্রে খিলিতা অতুতা/ 'সাহেপ অসুং থুনা থাপিলকউ':)* ৪০-৪১

মণিপুরগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা বিলাটকী গোভর্ণর জেনেরেলদা থাখিবা খাবিতা (১৮৬১, আগষ্ট ১৮) অদুগী মরোলদা মখাগী অসুম্না ইরম্মী :

" Manipur was ruined by the Burmese, but the British Government, having re-established it, appointed a Political Agent there From the fact of a European officer having been stationed at Manipur to settle all the affairs of the Burmese Frontier, the people of my territory dwell in peace and without any fear There is an order of Government to the effect that no Prince would create rebellion and commit slaughter From this order, as well as from the presence of a Political officer, the people of this country feel more confident than before that no misfortune will befall this place Should an evil occur in this territory, there is no one but the Government to which an application can be made for its removal If there be no Political Agent at Manipur, the people thereof will not, from fear, be able to enjoy peace and tranquility"

১৪ — *'করম্না নিংথৌ হাক্তজনো?' (মখোই কি লুলেন ককপ্রে ঈখেংনা রাই চাইপ্রে—)* ৬৫

ইবেংবম ফৌগাকচাউ (থুন্দাংবা) কৌবা নুপা অমনা মহাক্কী মতুং ইনবা খোঙলোয় ২০০ মুক্তা তান্নদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মথক্তা লান হৌবগা মণিপুরগী সিংহাসন নমদুনা মুনগে হোৎনবম্না ইতিহাসকী পবীংদা থোকখিবা রাথোক অমনি। লালহৌবা মীওইশিং অয়াম্বনা মহারাজগী মখুত্তা বন্তি ওইখিবতা নত্তনা, অয়াম্বনা মথাই থাখি, 'মক ওইবা' মীওই [হাংখিবা] খবগী মমিং পনবা তাববদি :

| হাংখিবা মীগী মমিং | | অশিবা হকচাং ফৌফম |
|---|---|---|
| ১। য়েনখোইবা মখেং | — | রাংথোনবী, তেবা কৈথেল |
| ২। চীংঙাখম পণ্ডিত | — | আবোং থোং |
| ৩। ইবেংবা খৌদোন | — | চীংমৈবোং |
| ৪। ইবেংবা দয়ানন্দা | — | সঙাইপ্রৌ, লমদোং |
| ৫। ইবেংবা পনগোই | — | ইবোইশেনবা |
| ৬। তোইবীজাম্বা মীৎলাউ | — | লিলোং |
| ৭। রাবেপ্পা থম্বাল | — | রাংখৈ পুঙজাউ |
| ৮। পোং নিংথৌগী মচা<br>৯। সবোংখাইবা হিদং | — | চন্দ্রখোং, জুন ২৬, ১৮৮১ |
| ১০। ইবেংবা থুন্দাংবা<br>১১। হৈক্রুজাম্বা হঞ্জবা<br>১২। থুন্দাংবগী মচানুপা | — | নিংঙেন |

১৩। নোংথোনবা হঞ্জবা — শিবোং

১৪। ইরেংবগী সেনাপতি ওইগনি হায়বা ১ }
১৫। নুংশুক ফাবা ১ } — অন্দ্রো
১৬। লৈয়ু শুংবা ১ }

ইংশোক ১৮৮১ গী জুন থাদা থোকখিবা শাথীববা মীহাৎ-মীপুন অমসুং লালহৌবশিংগী মথক্তা দণ্ড পীবগী তমথীববা থৌদোক অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েক শেংনা লৈহৌবগনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মীনুংশি য়াওদবা শাজৎ অমসুং থাঙ্গালগী মী হাৎপদা কাহেনবা লমচৎ থৌদোক অসিন্না ময়েক শেংনা উৎলি।

ইরেংবা থুন্দাং হায়বিবা মীওই অসি নিংঙেন্দা লৈবা থুমখোঙ অমদা [মণিপুরগী খা-থংবা নোংচুপ্তা] মহারাজগী থবক শূজবা য়াম্না পীকপ্রবা মীওই অমনি। মহাক মণিপুরগী নিংথৌ শোয়দনা ওইবগনি হায়না পঙবদগী মীমাঙদা হায়দোক্লুবনি, পাউ অসি থুনা মহারাজ অমসুং থাঙ্গালগী নাকোং য়ৌবকখি। ইবেংবা থুন্দাং অশেংবা মৈতৈ মচানি, লৈত-লায়বনা হেনবদগী য়াম্না পীকপ্রবা থুমখোঙ শেন্নবগী থবক অসি তৌকনবনি। অদুবু মহাক মশান্নদি থাইনগী মৈতৈ নিংথৌ অমগী মচা-মশূগী ধাবানি হায়বম্মী। ইবেংবনা মহাক্কী নীংলিবা আশা অদু থুংননবা নিংঙেন অমসুং চন্দ্রখোংদগী মীওই খবা খোমজীন্দুনা [২০০ য়ৌদনা] ফোর্স অমা শেমগৎলি। মখোয়শিং অদু অচম্বা থাঙ, তা অমসুং লীকং-তেন খক্তং পায়জবা কাঙবুনি।

পাউ অসি হেক ফংবগা জুনগী তাং ২৩, ১৮৮১ ইংদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মহাক্কী মন্ত্রীশিং [বলবাম সিংহ অমসুং শামু মেজববু] থুনা চন্দ্রখোংদা থাজীন্দুনা লালহৌবশিং থিংননবা হোৎনখি। থাঙ্গাল মেজবদি মহারাজগা লোয়ননা সনা কোনুংদা লৈহৌই। ইবেংবগী ফোর্স অদু থুগাইববা মতুংদা জুন থাগী তাং ২৩, ২৪ অমসুং ২৫ দা অফাবা লালহৌবা কয়ামকম সনা কোনুংদা পুবকখি। অদুগা, পোং নিংথৌগী মচানুপা, সবোংখাইবা হিদং, ইবেংবা থুন্দাং, হৈগ্রুজাম্বা হঞ্জবা, থুন্দাংবগী মচা-নুপা অমসুং নোংথোনবা হঞ্জবা— মখোয় খববুনা হাৎলগা মখোয়গী অশিবা মশাদগী মঙকশিং ককথৎলগা, হকচাংশিং অদু চন্দ্রখোং, নিংঙেন অমসুং শিবোংদা পাং তিংদুনা নুংশাগী মৈশাদা ফৌবগা লম্বীদা চৎপা মীওইশিংনা য়েংননবা নুমিৎ কয়ানি থমখি। কোনুংদা পুবকখিবা অতোপ্পা বন্দীশিং অদুবুনা বিচাব তৌদনা অমসুং মহারাজগী অয়াবা হুকুম য়াওদনা থাঙ্গাল মেজবনা মঙক কক্কুনা হাৎখি। পূন্না মীওই ১১ গী অশিবা হকচাংশিং (মঙক য়াওদনা) অদু খুত্তি য়ুংদুনা পাং তিংলগা নুংশাদা ফৌখি অমসুং মীয়ামশিংবু য়েংহনখি।

